**আই এস কাঙজমগী কোঙলবা ম্যাট্রিকশিং :**

শৈরেং : নোংমতগী পুন্সি

লৈরাং লৈচন

[illegible]ক-শকতম : যু লিংক্রী

প্রাপ্তি অস্তি

খোঙথাং অমতন্দা

মোয়াম্বা

ভাকু কুঁবর সাগরসিংহ

[illegible]ং বারী : চিত্রকার

তাংকক অমৈ-শকতম : বিদায়

তাংকক অমগী লীলা

শকতম মরি

নৈন-বারেং : লোনগী বারেং

বারীমচা : করিগী

# শুকতম মরি

আই এস কাঙজম

কাঙজম এন্তরপ্রাইজেস
( প্রব্লিকেসন ইউনিত )
ইম্ফাল

অইবগী ১৩শুবা লাই[illegible]

●

ওইকম থোকপা হৰ[illegible] : [illegible]ইবা

অহানবা থৃৎলম : [illegible]

মমল—লুপা ৬/•

●

ফোঙবা :

কাঙজম এন্তরপ্রাইজেস ( পব্লিকেসন ইউনিত )

শগোলবন্দ, নাউরেমথোং, ইম্ফাল

●

নম্ফম :

শিব প্রিন্টিং ৱার্কস, নিয়ার পোলোগ্রাউণ্ড, ইম্ফাল।



---

# Shaktam Mari

( A Collection of
four One-act-plays )

by :

**I. S. Kangjam**

(c) 1980, Author

Price : Rs. 6/-

# অইবগী ৱারোন

পুথোকচরিবা "**শকতম মরি**" হায়বা লাইরিক অসি তাংকক অমৈ ফম্বাক-শকতম (ৱান-এক্ত-প্লে) মরিথকী পূনশিনবনি। মসি ঐহাক্কী মখন অসিগী অহুমশুবা লাইরিক্নি। তাংকক অমৈ ফম্বাক-শকতমগী চৎনবী পরিং, চঙগদবা মচাকশিং য়ারিবমখে ঙাক্নবা হোৎনজে। হোৎনজবগী মহৈ য়ানবা-য়ান্দবা, অফ-ফত্তদি মীয়ামগী মীৎয়েংদা লাস্থোকচরে।

লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা মহৈ-মশিং লোয়শঙনা শেনগী মতেং পীবিরকপগীদমক লোয়শঙ অসিদা তৌবিমন থগৎচরি।

তাং ৫/১০/৮০

আই এস কাঙজম

মাওরিবশিং :—

অরেম্বা আশা

তাজমহল

নেতা

মমন হনবা

মীশক মীওই ঃ—

মৈনো ঃ মপা

রজনী ঃ মমা

চাউবী ঃ মবেন হনুবী

হুংশিতোম্বী ঃ মচাদুপী ঃ মো হল্লকপী

কুম'র ঃ পাখং অমা

মফম ঃ মৈনোগী যুম

# মৈনোগী য়ুম

( ঊনা শাবা জিজ্ঝনা কুপ্পা অফৈবা য়ুমনি। ময়ায় চপ চানা ইযুংবা চঙখিনবা থোঙজাও অমা পাল্লি। মতুগী য়েং-থংবা নাকন্দা থোঙনাও অমগা পাল্লি। ওয়-থংবা নাকন্দু মাঙোল মপামথৈ কা অমা ইহোকই। মতুগীমু থোঙজাও অমা পাল্লি। য়াম্না অহল ওইরবী চাউবী কমেল ফক্তা ফম্লহুনা মখুত্তা মালা-থাউ অমা পায়রগা তুমিন্না নাম শোন্দুনা লৈ। মুংশিতোম্বী ওইথংবদা ইহোক্লিবা কাতুগী থোঙজিন্দা চিন্তা তৌনা ফাওনা লৈ। মতম মুমিদাং য়াইরমনি। মুংশিতোম্বীগী চিন্তাগী য়াখল খোঞ্জেল ওইনা ফোঙদোকই।)

তুপীগী খোঞ্জেলদা— (চিন্তাগী য়াখল, থম্মোয় নিক-নিক লাওবা কপনিংবা মওংদা) আঃ অসিরা মীওইনা পোকপা পুন্সিগী মুংঙাইবা? অপাম-মুংশি য়ায়থুংদ্রে। মুংশি কায়না শেৎনরে। (মুংশাম্বর মপী শাংনা হোল্লগা) মুপী ওইবীগী পুন্সিবু কৈথেলদা য়োনবা শাম্নপোৎলনে? ফদী মচেৎনা শাবা লাইথি কাওবদা মমল লৈ। মুপীগী পুন্সিদি করিসু মমল লৈতবা অকায়বা লীক্লি মচেৎকুম থল্লব্রা? (অমুক মুংশাম্বর মপী হোল্লগা) নিঙোলনা মপামদা হল্লকপা! সমাজগী তমথীরবা মীৎয়েং মথাদা হিং-হুনা লৈবা তারিব্রা পুন্সিসে? ঐগীদি কদায়? ঐগীদি কদায়··· ?

(মুংশিতোম্বী থাংঙমদবা মৈচাক্লা মমীৎ চেক্কেৎ ঊইশিল্লি। মীৎলুদগী মপি মরী-মরী চেহ্নরকই। চাউবী মুংশিতোম্বীগী মতৌ ঊবদা মুংঙাইজে।)

চাউবী— ( নাম শোনবা লোইদুনা মালা খাউদ্ব পুনশিল্লগা ) ইবেম্মা। মুংশিতোম্বী। করিনোনে নংনা থরায় অদুক রারীবদুবু? কম-দৌনি? নোংদম্বনা ইশংগী নরাইবক্তা মুংঙাইমু তম্বীরমত্ৰবোই। ফত্তেদা নিপা হায়বা জাৎ অসে। তোকও-তোকও, কপকমু।

মুংশিতোম্বী— (খুমদে)

(রজনী ইমুংদগী থোরকই)

রজনী— মুপীমচা, করি তৌরি অদুদা? মুমিৎ থেঙজিল্লক্লে; থবক-ইমখাং খরা তৌশিল্লু কৈদৌবগে? য়ুম অমগী মৌ ওইরুরবনি, মংবু করিমত্তা খঙদেদা।

চাউবী— রজনী, পংঙাঙ ঙাঙবীনু ইশুদা। মথরায় মুংঙাইত্তবা হেন্নবা।

রজনী— (মুংশিতোম্বীদা য়েংলগা) চিন্তা তৌরিবা হায়দুরা? করিগী নথরায় অদুক রারিবনো? রারুনু খল্লুনু ইচাসিদি। জগৎ অসিদা নিপাবু মাদরাও? মানা ইচা লৈনা লৈনা মুপী অমা থিবদি য়ারগা ইচানা অকবা নিপা অমদা অমুক য়ুম পানবা করিগী য়ারোই। হন্দকমুক্তি ইমানা নখোঙ ফাওবা লৈবাক তাহন্দনা থমগদবা নিপা অমা খল্লগা থাজনি।

মুংশিতোম্বী— (কপ্পিং-কপ্পিং) ওক্লে, তোকপীরো। ইমাখোয়না অকবা খন্দুনা থাজবীবদগী নচা মুংঙাইরে।

রজনী— অহানবদদি মুপ্পা তৌরক্কনি থাজদে। মরম ওকই, অকবা নিপানি, তলব চাউনা চায়, ওফিসায় ওই হায়দুনা থাজরুবনি। নিপাবুদি ফবা জাংনি। মুপী অদুনা লাইরা তৌদুনা ফারিবা ওইরিনি।

**মুংশিতোম্বী**—মীগী মচাদুদা মরাল শীবীগমু। নখোয়না য়াম্না পামজবা অফবা নয়ানিপাদুনা হৌরক্তুনা তৌবনি।

**রজনী**—নিপাবুদি খর ঙাওবা হৌনশানি। মুপী মানিনে ঐনা ঙক্লিবদি। মীগী মুপী লৈবা নিপাবু কাদুনা লৈবা,—ওম্থোক্না তৌ-ভমংগ্রে হায়মনি। অদুগা ইবেম্মা, নংগীমু নয়ালদি লৈ। পামদবা নিপানি হায়দুনা নংনমু কয়া থৌশারম্মোইয়ে। নিপাগী পেন্নবা, পুকচেল ফাবা ঙম্বা হোৎনগেদি হায়রকদনা য়ুমদা কোক হেক হল্লকই।

**মুংশিতোম্বী**—মীনা পাম্বীরবা ফাওবা ঐবু হৌদোং অনাবা শাদুনা অদুম ফুঙ্গা লাইরুদা কুন্দুনা লৈয়ু হায়বরাও ?

**চাওবী**— খঙদেদ্রা হৌজিকী মতম অসে। থায়নগা মান্নদ্রে। নিপামু মুপীমু তৌ-ঙমদবা অমত্তা লৈদ্রে। ঐদি নহান্না ইশুনা পাম্বা নিপাদুদা থাজসি মহায়কো। মমা-মপা নখোয় অনিনা খুমুংগী অহলনি হায়দুনা ইরা লৌবীদে।

**রজনী**— অবোকতোন মমা-মপা ঐখোয়নবু ইচাবু ন্নাহনবা পাম-গদ্রাও ? ফগদ্রা হায়দুনা তৌরুবনি। দশাদি ফৎলমগ্রমায়ে, ইচাগী মরাইবক থীবা হায়বদু থোক্লে। অদুবু লেম্না তোকলোই। ঐ রজনীনি কৈনো। মাইবা অহৈবা অমা খিরগা মখোয় অনিদো কায়ননবা শীনগনি। খঙলোইদ্রদো।

**নুংশিতোম্বী**— খিৎ হিগাম্বরা শাবীদুনা ঐদা নত্তনা মী-মচাদুবুমু মাঙনবা শীনবীরুমু।

**রজনী**—করি হায়বা ইবেম্মা? ঐবু কয়া ফত্তবা তাহল্লবনোনেদে। নম্রাঙদগী চারুক চিংথোকপ্রিবা নংগী লোম্নবীদুবু কয়াম মুংশিবগে ?

নুংশিতোম্বী— পুম্নমক নখোয়না ভাক্তনি। ঐবু নুংশিবীবা হেন-
মনবদগী ভারিবা দশা নত্তরা ? নহাক্না ঐনা হায়জবত্তুদা ইমা-
হোয়না খরা খঙ্বীরম্লবদি...... ?

রজনী— নত্তে, নংগী লায়রু-চুদৎনবত্তুদা লৈরগবু নুংঙাইগদ্রাও ? চরা
হেনবা মক্তনা নশা ভারী অকংবা শাগদবত্তু য়েংবা ঙম্মোই
হায়দুনা তৌবনি।

নুংশিতোম্বী— অদু হৌজিক্তি করেদনা ? য়েংবা নুংঙাইরে হায়বা।
কৈথেল শন অঙাওবগী মণ্ডক্তা থুরুবা অতৎপা থৌরী তারে
হায়বা ঐ ৰুসে। মসিতা থোক্লবা শীনবা নত্ত্রদে ?

রজনী— ফত্তবা দাহী পুম্নমক ঐখোয়দা তারে। মমা-মপানবু মচাগী
ফত্তনবা তৌগদ্রাও ? তুংগী ফৎলক্তবদি ঐখোয়সু লাইমক্তি
নত্তবনিনা খঙদেদো। তলব চাউনা চাবা খরা নুংঙাই-য়াইফবা
ইমুংদা লৈরগা নংগী অফবা ওইগদ্রা খল্লুনা তৌরুবনি।

নুংশিতোম্বী— হৌজিক্তি তলব চাউনা চাবা ইনাকখুনবা ওফিসারদা
থাজবীদুনা নুংঙাইরেদনা। ঐগী নীংজবা থুংহনবীরম্লবদি চরা
হেল্লবসু থম্মোয়সি খোয়শাওনদুনা পুক্নিংগী শান্তি লৈত্রিবসিদি
তৌরম্লোই।

রজনী— অদুমকসু কদায়দগী ? নংগী দশাননি ইবেম্মা। নথরায়
নুংঙাইতবা তৌগনু। ইচাগীবু ঝাৎকদ্রাও ? নশা নহানি।
মখোয় অনিমক্তগী অহেনবা অমা খল্লগা।

নুংশিতোম্বী— (মনাকোং য়েনশিন্দুনা) ইমা, ভাজনিংদ্রে; ব্রা
মথা ভাথবীরসু। মাঙথ্রবসু য়ারবা কায়দ্রবা ঐগী পুন্সিনি।

রজনী— ইঃ কয়িগী ? ( ব্রা মথা তাথগে তৌই। )

নুংশিতোম্বী– ( শাওনা অমদি মথরায় য়াম্না মুংঙাইকম্না ). তোক-পীরো, খিৎ তাজনিংদ্রে।

চাউবী— রজনী, তোকও নংস্থু। খিৎ ঙাঙবীরুরম্নু। মথরায়গা থরা মুংঙাইতনা লৈরিবৈংসিদা অশোকপা মফম্দা থুম চাইশিনবা তারনি। ( মুংশিতোম্বীদা ) মুংশিতোম্বী, মথরায় মুংঙাইতবা তৌগনু। মারুমুদা ইশ্বুসিদি—।

( মুংশিতোম্বী মথরায় মুংঙাইতনা হীক-হীক কপই। )

রজনী— করিগী কপ্পীবনো ? কপ্লদুনা নংগী—

চাউবী– ইতে, রজনী। খিৎ তোকও হায়মনি। থরা কুইরগা ইশ্বুগী মবুক মরাইনা ওঞ্জরকনি।

( রজনী তুমিন ইমুংদা চঙখি। চাউবী তপ্না হৌগৎলগা মশুহুপা মুংশি-তোম্বীগী মনাক্তা চঙশিল্লি। )

চাউবী— ( মুংশিতোম্বীগী মশম নাম্বীরদুনা ) ইশ্বুসিদি করিগী কপলিবনো ? ঈশ্বর লৈ। ইশ্বুবু অরাবা পীবগী ফত্তবা মহাকস্থু ঈশ্বরনা মরাইনা দণ্ডি পীজনি। চঙঙো-চঙঙো, ইমুংদা চঙঙো সে। কপকনু।

( মুংশিতোম্বী ইম্থোকপা কা অচুম্বা ইমুংদা চঙখি। )

চাউবী– ( মশুন্নুপীগী মতৌদা মথরায় মুংঙাইতনা ) হে ঈশ্বর, অসি-গুম্বা কুমহৈ অসিবু য়েংহন্দুনা ঐবু কয়াম কুইনা থম্বীখিগদগে ?

( চাউবীস্থু ইমুংদা চঙখি। মৈনো মপান্নোমদগী চঙলকই।)

মৈনো—( হেক য়োরকপগা ) রজনী। রজনী ! তারিবরো হে মমা ?

রজনী– ( ইমুংদগী ) হো করিনো ? মাঙোল ফাওবা কাথৎ-লক্লি, মকু অথুবীদোনা শোর হোন্দবমথৈ কৌবা হৌরক্লদোনি।

মৈনো— হান্না মৈনা চৎয়বয়া ? ফরে-ফরে, মুংঙাইবা পাউ অমা তমগে তৌবনি। ভানিংঙ্গবনিনা তোকও।

( রজনী ইমুংদগী খোয়কই )

রজনী— করি হায়বগে ?

মৈনো— করিস্থ হায়দে।

রজনী— তৌররিনি তু। নহাস্থ নত্তনা অহল খঙদা ওস্থোক্না ওইন-চাউখ্রে। করি পাউনো ? তথীরো।

মৈনো— ভানিংদবা পাউ তম্নতুনা করি কায়গদগে।

রজনী— মতুদনি ঐনা শাওনিংলিবসি। করি রানো ? হায়বীরো। লৈশাবী-পাখঙদোনা ফাগীকাদি তৌবীরম্ন।

মৈনো— হৌজিকপু ঐনা নংবু চহী তরানিপানগী লৈশাবীনি হায়তুনা ফাগী তৌখিগন্নাও ?

রজনী— রাকৈ অদোনদা পুথোকপীরম্ন । করি পাউনো তম্বী-গদৌরিবতুবু ?

মৈনো— তম্বদি অম্নিংঙ্গবনি নতৌতুনা, অতুবু তমগে। ইচা মোহিনীসি থাজনবা তৌরসি; অফবা নিপা অমা লৈরে।

রজনী— ঐস্থ রাকম অসি অমুক্তা হৌদোকে থম্নিবনি। কপ্রে নিপামচাতু ওস্থোক্না। মমাতুনা ওস্থোক্না ফরিবা।

মৈনো— করিনো রজনী ? ঐনা রা কাঙথোকপদা মহৌরি, নংনা লোইশিন্নে।

রজনী— ফববু কৈ হায়বনি। ইনম্মা অহনবীগী মচানিপাতু ডাক্তরনি। মশক্না চঙখোম্নিবা। ইনম্মনা ঐঙোন্দা মচা ডাক্তরতুগী ঐখোয় মোহিনীবু পীয়ু হায়রিবসি অনি-অহুম্নক ওয়রে।

মৈনো— মুংঙাইরেদা ইবেম্মা, ঐগী পাউসি নংনা লোইনা তম-থোকপীরে। ঐগী শরুক্কা খাকপীজে হায়বা।

রজনী— ঐসু রাকম অসি হায়দগী তাননিংঙ্ঙুনা লৈরম্মিবনি।

মৈনো— ঐগী ইচা মোহিনী পীসি হায়গদৌরিবা নিপা অসিসু য়াম্মা কপ্পুবা জাৎনি। ইনাক খুনবা ইমুংনি। শেলগী জাত্তি পেরে। ইঞ্জিনিয়ার সাহেব ওইরি। রজনী, হৌজিক অসিদি শেলগী যুগনি। শেল লৈরগা লোইরবনি।

রজনী— অতুগী রাবুদি ইনম্মা অহনবীসু মরাইবক থীত্তনা লুখ্রা ওইজৈ হায়বদনি। লুখ্রাবী শামু লোইবীনিদা। মাগী মচাদা ইচা থাজগদবনি।

মৈনো— ইচে অহনবীগী মচাদি ডাক্তরনি হায়বদায়? হৌজিক অসিদা শেল থোকপদি ডাক্তরদগী ইঞ্জিনিয়ারনা য়াম্মা হেল্লি।

রজনী— ডাক্তরসু শেল য়াম্মা থোকই। ঐদি ইয়া ডাক্তর পামজৈ।

মৈনো— রজনী, নংসি ওস্থোক্লা পঙখ্রেদা। ডাক্তরদি থাগী তলব, ভিজিৎকী মীনা পীরকপা কী নত্তবা অতৈ লাকফম লৈতবনি। ইঞ্জিনিয়ারদি অচারম্মা পীক থম্মা লৈ। থিকা-দার অমমম্মা বিল অমুক-অমুক কায়বদা শেল য়াম্মা ফংখ্রপোৎনি।

রজনী— অদু ওইরবসু ঐদি ইচা ডাক্তরদা থাজগনি। ডাক্তর হায়বসিদি অশোন-অনা কয়াগী সেবা তৌবনি। পুকচেল চাউবা শিনফম্নি। কোক খিত্তুং চীক্লে তাবদা ইচাগা ইয়াগা হেক্তা চেন্নকনি। মতুনি ঐনা পামজবা। কৈরোল-লৈকায় মমাঙদা ইচা-ইয়া অকবা লৈজবগী চাউথোকচগে-লেম্নজগে।

মৈনো— মদু য়াম্লোই রজনী, ঐনা হায়রিবা নিপা অসিদা ইচা মোহিনী থাজগদবনি। ইচা নুংশিতোম্বীসু নংনা হায়বা য়াদ্রুনা থাজকদবা করি থোক্লে? হৌজিক্তি ইচা অসিমগীদি ঐনা মুন্না য়েংলগা থাজগনি।

রজনী— ঐ মমানে, জ্ঞান থরা তাবীয়। মচামুপীগীদি মমানা লোইনা মুন্না থগবনি। হন্দক ঐনা থগ্গরিবা ইয়া ডাক্তর অসে শোয়-লাকদবা নিপা নত্তে।

(নুংশিতোম্বী ইমুংদগী থোরকই।)

নুংশিতোম্বী— পাজীগা ইমাগা ডাওনরিবা রাকমদুবু করিনো? ঐখোয় মোহিনীসিবু থম্মোয় পান্দবা পোৎশক অমা ওইনা খল্লব্রাও?

রজনী— করিনোনে ইবেম্মা নংনা হায়রিবসিবো? মমা-মপানা মচামুপী থাজবগী রা তানববু থম্মোয় পানবা পান্দবগী করি রাকমনো?

নুংশিতোম্বী— মোহিনীনা য়ানিংলমগনি য়ানিংলম্মোইসু খঙদনা হা ডাক্তরদা, হা ইঞ্জিনিয়ারদা হায়দুনা ইমাগা পাজীগা তৌনরিবদুবু করি ফল তাগদোরিবনো?

মৈনো— ঐগী ইচা মোহিনীদি মপা ঐনা হায়বদি শোয়দনা য়াগনি। মপা ঐবু লুনা তৌজবা ইচানি।

রজনী— মমা ঐগীদি ইচা নত্তরো? মমা ঐনা হায়বা ইন্দবা য়ারোই। ঐগীদি ইয়া ডাক্তর!

নুংশিতোম্বী—ইমাগী ইয়া ডাক্তর, পাজীগী ইমাক ইঞ্জিনিয়ারদুনধু ঐখোয় মোহিনীবু পাম্বীরমগদ্রাও?

মৈনো— ইহিনিয়াব ওইরিবা নিপামচা অসিদি ওঙ্খোল কণ্ৱবা জাংনি। মখোয়গী অহল-লমম্না লুহোংবীবা দুপী অমা হেক্তা লৌগনি হাংদুনা লৈরিবনি।

রজনী— অদুগী বাদি নিপামচা ডাক্তর অদুস্থ হায়বকা ইন্দবা মতমগী নহারোল নত্তেদা। ইনম্মা অহনবীগী মচানিদনা।

নুংশিতোম্বী— হোদোং তুনিন লৈবনা চফু ওম্মী হায়বদায়? হৌজিক কাল অসিদি সাধু চেওজওবা ডাক্তা ওায়নরবনি হায়বসি ইমাস্থ পাজীস্থ খরা খস্থবীয়ু।

রজনী— ইনম্মা অহনবীগী মচানিপা ডাক্তব অসিদি মদুকাদি নত্তেদা।

নুংশিতোম্বী— অদু ওইরবস্থ ঐখোয় মোতিনীগী মপুক্লিংগী রাদদি খওদোকপীবা কৈ।

রজনী— মাগী পুক্লিংগী রা হায়ববু কবিনো? মমা মপা ঐখোয়না মাগী ফনবা শীনবনি।

নুংশিতোম্বী—মদু ওইরবা অমা শোয়রবনি ইমা। থায়না ইমাকোয়গী মতমদু নত্রে। খাকা লোইথোক্লজরুস্থ, অহনথওদা চোপচনি। ঐখোয় মেহিনীগী মতিক চাবা নিপা লৈজরবনি।

মৈনো— ( ডক্লা ) এঃ ঐখোয় মোহিনীবু? ঐদি অঙাংনি খল্লিবনি. অদুগা—

রজনী—ইনম্মা অহনবীগী মচানিপা ডাক্তরগী হেল্লা মতিক চাবা নিপা কনানো? য়ারোই-য়ারোই, মমা ঐনা থাজবা মকমদা লৈগদবনি।

লুংশিতোম্বী— ইমানা অপাম্বা মকমদা থাজবীবদগী নচা। ঐগী পুলিসে করি ওইরবগে ? ঐগী ইনাওদদি, মচু য়ারোই ইমা। মতাকপু মানা পামজবা মকমদা থাজগদবনি ! ঐস্থ. মচেনি। ইনাওগী অক-কক্ত থম্নবদা ঐগীস্থ অধিকার লৈ। ইমাখোয়না য়াজরবস্থ ঐনা মাবু মানা পামজবদুদা থাজগনি।

রজনী— এঃ নংনস্থ মমা-মপা ঐখোয়বু হনবা শারতনা মোহিনীবু থাজগদৌরিবা ? তৌজন্মু, হায়রবীগে: নহানা মাইবা শাবা মংনা থল্লি হায়বা য়া লৈবনি।

মৈনো— ইবেম্মা, ননাওনা পামজবা নিশান্নু কনানো ? নমাগা ঐগনা হাওরিবা নিপাশিং অসিদগী হেন্না মতিক চাম্নবদি থাজখোকস্লি কৈনো। ঐখোয়না থম্নরিবসি ঐখোয়গী নত্তে, ননাওগী ফংবনি।

লুংশিতোম্বী— ইমাগা পাজীগদি নীংবা থয়া থুংলরোই। অদুবু ঐখোয় মোহিনীগীদি মতিক চাজরবনি। নিপাদো ডাক্তরস্থ নত্তে, ইঞ্জিনিয়ারস্থ নত্তে। অপিকপা হায়স্কুল অমগী ওজা মচা, মহৈস্থ বিঃ এঃ তনি।

রজনী— এঃ ওজা ! ওজাদবু ইচা থাজহনা করি কাম্নগদৌরিবা ? ঐগীদি হায়রিবসিনি, ইনম্মা অহলবীগী মচা ডাক্তর অসে ইমা ওইগদৌরিবনি।

মৈনো— হোয়নে, ওজা হায়বত্তুদি শুজানিদনা। মান্না কংগে হান্না ফংলবদা থাজী তলব লুপা চহুম মতাম। কান্নদে, হৌজিক অসিদি শেলনা ঈশ্বর ওইরবনি। শেলবু লৈরবদি ডম্বা লৈত-

~~বনি। ঐনা হায়রিবা শেন য়াম্না পায়বা ইঞ্জিনিয়ার অমিদা ইচা পাজনি।~~

রজনী— এঃ কদায়দগী মত্র য়াদে। ঐগীদি ইনম্মা অহনবীগী মচা ডাক্তরদা।

নুংশিতোম্বী— ইমাগ পাজাগনা য়াম্না পামজরিবা ডাক্তরগা ইঞ্জিনিয়ারগা্তবু মখোয়গী ইতিহাস খঙলবরো ? মখোয়দুদা হেক থাজবদা মোহিনীসু ঙসি ঐনা কংলিবা দশা অসি কংবা শোয়রবনি।

রজনী— কদায়দগী-কদায়দগী, ইনম্ম অহনবীগী মচাদি মমানা কায়বা ইনথ্রবা মচানি।

নুংশিতোম্বী— ইমা, কৌশীকী মতম অসে থায়নগীদু নত্রে। মোহিনীগী মোমান নোকপা পুন্সি উনীংলবদি নখোয়না পামদে হায়রিবা ওজা অসিদা থাজবা নঙনা কদৌঙৈদসু ওইরোই।

মৈনো— অদুদা ওজা হায়বসিদি তোনথ্রবা—

নুংশিতোম্বী— চুম্মী পাজী, তোনখ্রবা ওজাগী পুন্সিনি। তোনখ্রবা ওজাশিং অসিগী মখুত্তগী অচৌ-অচৌবা অকাও-অকাওবা লেজ্ঞা কয়া, ওফিসার কয়া, ডাক্তর কয়া, ইঞ্জিনিয়ার কয়া শেমখ্রিবনি। মখোয়শিং অসিনা ওজাগী পুন্সিবু হস্বনা য়েংবদগী অতোনবা কাংলুপ্তা থমখ্রিবনি। তোনবা ওজাশিং অসিনা মখোয়বু মহৈ-মশিং তম্বীদুনা মী অমা ওইনা শেম্বীরবদা ইয়া-ইমাক ওইগদৌরিবা ডাক্তর-ইঞ্জিনিয়ার অদু ফংগত্রাও ?

মৈনো— অদুবুদি চুম্মী সুপীমচা। অদু ওইরবসু সমাজগী মীৎয়েংদা—

নুংশিতোম্বী— সমাজগী মীথয়েংদা ওজানা অতোনবা, মথোয়না অথোইবা — অসিনিনে পাল্লীনা হায়নিংলিবদু ? অথোইবশিং অসিনা সমাজসিদা শাম্নরিবা লীলা, মুপীগী পুল্লিবু মী অমা নত্তবগুম, থম্মোয় পান্দবা শ'ম্নপোৎ অমগুম শীজিন্নবিবা পুম্ন-মকসি খঙনা-উনা মোহিনীবু মাঙনবা ইমাগা পাজীগনা শীনবীগনু ।

রজনী— ইনম্মা অহনবীগী মচাসিদি অদুগুম্বা মীতাকা নত্তে । ওম্মোক্লা ফখ্রবা—

নুংশিতোম্বী— হৌজিক অসিদি মফম-মতম্না অদুগুম্বা নত্তবা মীতাদুসু নমদুনা ওইহনব শোয়ত্রবনি । লাম্বা চাদনা পাবোৎ শারগা গাড়ী চিংবা যাবসু হৌনদে ।

রজনী— অদুগী রাদি করিনো ? নিপামচা অদু মাই-পাজীসু খঙবদায়নে । ইবেম্মা নংসু ইমাগা নোংমা চংশগা হেক য়েংলুসি । মোহিনীগা মথোয় অনি জুরা শাবদি ওম্মোক্লা চানখ্রগদৌনি ।

নুংশিতোম্বী— ইমা মদু নত্তে চানবা হায়বদি । কিঃ এঃ তম্লিবী ঐথোয় মোহিনীবু ডাক্তর অদুগা লাম্বা চানত্রাও ? হৌজীকী মতম অসিদা ডাক্তরগী মুপীদি ডাক্তর । শিনফম মাম্নবনা চানবা কৌবনি ।

রজনী— মীগী মচা ডাক্তর বীক থম্না ডাক্তর নত্তবা মুপী লৌবা য়াওইদা ইবেম্মা ! নংনা অহৈ-অপা হেক শারদনা ।

মৈনো— হায়-হায় নমা নচা থৎনবকনু । ইচে অহনবীগী মচা ডাক্তরদো ডাক্তর মুপী অমা লৌজসনু । ঐথোয় মোহিনীদি ঐনা হায়বা ইঞ্জিনিয়ারসিদা থাজরসি ।

রজনী— কদাইদগী—, মদুকা য়াবপোৎ নত্তে।

সুংশিতোম্বী— ইমাগা পাজীগনা হায়রিবা অনিমক্তু তোক-খোক্লগা ওজাহুদা থাজসে। নত্রবদি ইনাওগী পুন্সি অরেম্বদা পিথম্মদুনা তোক্কনি।

রজনী— করিগী পিথম্বনো? মুংঙাইনা মপুন্সি লেম্ববা শীল্লিবনি ঐনা।

সুংশিতোম্বী— মদুমা ওইররোইদবনি ইমা। মৈনাক্কা ঘী থম্বা শৌ-দোক্কবরা? মতম পুম্মক্তা নর্স শিংগতা লোয়ননা লৈবা ডাক্তরনা করম্মা সাধু ওইগদৌরিবা? ইনাও লৈনা-লৈনা অতোপ্পা ডাক্তরনা সুপী অমা নত্রগা নর্স কয়াগা অরোনবা লীলা শানরকপদা ইনাওনা খাঙবা ঙমগদ্রাও? খুদমন্থ ফোঙ ফোঙ শানা ঐঙোন্দা থোক্লিবসি খঙলেদনা। মসি ইঞ্জিনিয়ারনা অমুক হেল্লিবনি। শেল ফংবগী মতিক চাথোক-থক্কোকপদা, ঙাওথোকপদা পাম্মুদবা—ওক্তবা হায়বা লমচৎ অদুদি অচৌবা অথোইবশিং অসিনা লোইনা তৌহুনা লৈরবনি। আঙীন্দা সুপী অনি লোনবা য়াদে হায়রগা লোন্দবা অচৌবা ওফিসারসিবু কনা লৈরিবগে?

রজনী— অদুবু ইবেম্মা, থরনা তৌরগা খুদিংমক তৌগনি হায়বা রা লৈবরনে?

(চাউবী ইমুংদগী থোরকই।)

চাউবী—করিনো নখোয়না ঙাঙনরিবদুবো? মচিঞ্জাক থরবু চাজরবদি মশানা পাম্বদা লৈজসন্নুদা। অহেনবা ঙাক পাম্মুনু, ফত্তবনি।

(চাউবী ফমেল ফক্তা ফম্মী।)

সুংশিতোম্বী— অদুনি অবোক ঐনা হায়রিবা। অদুবু ইমাগা পাজীগনদি অঙাং ৱানি হায়দুনা ইবা লৌবীয়ে।

মৈনো— অদুদা ইন্দোমচা, ঐখোয়না পাগে হায়রুবা নত্তে। মখোয়না পীয়ু হায়রকপনি। অফবদি নাম্বোকহন্নিংদে।

রজনী— ঐস্থু ঐনা পীগে হায়রুবা নত্তেদা। ইনম্মা অহনবীনা পীয়ু হায়রিবা অনি-অহুমলক শুরবনি।

সুংশিতোম্বী— মীনা পীয়ু হায় হায়দুনা হেক্তা পীখোকদরাও? মখোয়গুম্বা অফিসারশিং অসিনা আউট-পোষ্টনি হায়দুনা চৎলগা লমগী সুপীগা য়ুগদা ঙাওদুনা লৈবা, মমুমদনা মাগী মাগী সুপীনা সতী শাদুনা লৈবা—ঐখোয় মোহিনীদদি মদু থোক্তনবা শীনবা ফৈ।

চাওবী— চুম্মীনহে ইশূনা হায়বা। হৌজিককালগী তলব য়াম্মা চাওনা চাবা মৈতৈ মচাশিংসে মরমচত্তি ওন্থোক্লা ফৎখিদ্রে; ওকখিদ্রেদা। থায়নগী নত্রে।

সুংশিতোম্বী— য়াম্লবসু কংলিবা তলব অদুনা পেনবা হৈতবা ঙাক্তনি। অচায়মগী য়াকা য়েংদুনা লৈবাক মাঙনবা শীনবা ঙাক্তা। ওজাদি ফংজরিবা খরা অহুনা পেম্থোকপা ঙম্মী। লৈবাক শেম্বদি ওজাক্তনি।

রজনী— ওজাদি অঙাং ঙাক্তা সঙ্গ তৌবনিনা তলব নত্তনা ফংনিংঙাইদি লৈতে। অদুনা কংলিবা খরদুনা পেনবা ভাবনি।

সুংশিতোম্বী— চুম্মী ইমানা হায়বা। ফংলিবা তলব খরত্থুতনা পেনবা ভাবনি। মদুনসু ইমুং-মঙ্গুং পুবা ওকপা নত্তে। অদু-নদি কদায়দগী ঙাওবা ঙম্মগনি। শেল য়াম্মা ফংবশিংনা

ঙাওবদি মথুন্তা শেল মরাঙ কায়না লৈরবা পোৎ পুন্নমক করিসু মমল লৈত্তনা খনবা; মুপী ৰাওবদা শাম্নপোৎকুম থন্দোকপা ওম্মী। পুম্নমকসি ঐনা হেক্তা হায়জিনবা নত্তে। নচা ঐঙোন্দা হৌজিক-হৌজিকমক থোক্লিবা নত্রা? ইচিন-ইনাওদা লৈজবদা ইনাওসু অমুক মৈরক্তুদা লঙশিন্নবা শীনবীগসু।

(মুৎশিত্তোবী শাওরপ তৌনা ইথোক্লিবা কা অহুগী মঙ্গদা চঙখি।)

মৈনো— ঐখোয় মুপীমচানা হায়রিবসি ইচুম চুমদবদি নত্তে। হৌজিক অসি মতৌ অমদি তৌরে।

চাউবী - থায়নগী নত্রে। কুইনা পুন্সিমন্দুনা জাৎ-জাৎসি য়াম্না খেংনরে ঐখোয়সু।

মৈনো—খঙদে ইন্দোমচা, ফগত্রা হায়দুনা অতুক থম্নবা হায়দুনি। থায়না ইন্দোনমচাহোয়না নহা ওইরিবৈদদি মচা-মশ থাজবসি থানা ওই, ড্রাইভর ওই হায়রবদি পাম্নৈ হায়বদায়। মতমগী মতুং ইন্না লাইব্রিক লৈ, থবক মচা অমা তৌজে, ক্লার্ককা ওই হায়রবদি মচা-মশ য়াম্না থাজনিংলম্মী। হৌজিক্তি লাইব্রিক লৈবা থবক তৌবনসু চৎনদ্রে। ইনাক-কৈরাক খুনবা ভলব চাউনা চাবা ওফিসার-ইঞ্জিনিয়ার-ডাক্তরদা হায়নখ্রে। অদুবু মখোয়গী মরমচৎ অসিনা মতম খরগী মতুংদদি মখোয়দা ইচা ইশ থাজগদৌ শরুক মুংঙাইনবু পুন্সি লেন্নবদি অচম্বা ওজা অমদা থাজবনা কৈ হায়নরকদৌরি।

রজনী— মরমচৎকী হায়ক্নরবদি ওজাসু অদু মঙায়রা। ভজবতি হৈক্রু মনাদা য়োম্নগা যু থকপা মুপী লোনবা ওজা য়াম্না লৈ।

মৈনো— হোয়, মদুস্তু লৈতবদি নত্তে।

নুংশিতোম্বী— (ইমুংদগী থোঙজিন্দা মঙক থিন্দোয়ক্লগা) মদো সমাজ অসিনা তৌহনবনি। লৈবাক্কী মশক নাইরবা মীওই কয়াবু শেমগৎলিবা ওজাবু করিশু ওইদনা খন্দুনা হন্থবা মীৎ-য়েংদা য়েংবা, কংলিবা তদবনা কোম্নবা ঙমদবা, কনানসু ইকাই-খুম্নবীদবা—ময়ামশিং অসিনা নীংবা কায়বদগী লমচত্তা অকায়বা লাকপনি। অচৌবা ওফিসারশিংনা ইজৎ অমদি শেলগী নাপলনা মমীৎ তাঙদুনা মী উশিত্তবা অমগা লোয়-ননা মখোয়গী মরমচৎ মাঙজবদা নত্তনা সমাজ অসিবু ওৎ-নৈরি। পুম্নমকসে মখোয়দদি অতোঙবদা লৈথোনবনি, ওজা-শিংগী মফমদদি অকুৎপদা লৈতোবা, খুবাক ময়ায়দা শগুণ তৌবনি। মখোয়গুম ওজাবুসু মতিক চানা ইকাই খুম্নবীর-বদি ঙসি ঐখোয়গী সমাজ অসিদা ওজাগী থাক করিগী হম্থগদগে?

চাউবী— হৌজিক অসিদিনে মো হায়বদা ওজাবু ওই হায়রবদি কনানসু মচা-মশু পীনিংদবগুম্বা অমসু তৌনরে।

নুংশিতোম্বী— চুম্মীবনি অবোক। অদুবু হৌজিক্তা পাজীনা হায়খিবগুম মতম খরগী মতুংদদি কনানসু ডাক্তর-ইঞ্জিনিয়ার, তলব চাউনা চাবা ওফিসারদা মচা-মশু থাজনিংলরোই। ফনাগুম্বী মুপী অমত্তা ফনা মুংঙাই-য়াইফনা মরীক-ককোম্না তেকথনা শিবা কংগনি হায়রবসু য়ু থকপা, অতোপ্পা মুপীদা ঙাওরিবশিং অসিগী য়ুমগী মুপী ওইনিংলরোই।

রজনী— হোয়নে ইবেন্থা, নংনা লোইনা খঙলে। ঐখোয় অসিদি মী নত্রেনে।

নুংশিতোম্বী— ঐনা হায়বসে কঙনবা হায়বা নত্তে। ইনাওগী মপুন্সিগীদমক হায়বনি। ইমাগা পাজীগনা তৌবীনিংবা তৌবীয়। ঐদি ইনাওগীদমক লেপকনি।

( নুংশিতোম্বী থিন্দোয়কপা মঙক থিংজিনথি। )

মৈনো— ঐখোয় নুংশিতোম্বীনা হায়রিবসি খঙবদি য়াবা রাকমনি।

রজনী— করিনোদা মায় পাজীন্থ ভাওবা য়াওরব্রাও? নখোয়গী অচু-অদাকা খঙদে। ঐগীদি ইয়া ডাক্তর।

চাউবী— ফন-কনবা থল্লৌ; নখোয়না মমা মপানি। মচে অসিমদি অহানবা শোয়রে। ইশু তোম্বীদদি শোয়হনগনু। ঐদি বারবস্থ নুংঙাইরবস্থ য়াওগদৌবা নৈত্রে; ঙসি-হয়েং খঙত্রবা ইমং ইখুৎনা লাম্বা ফংলবনি।

( কুমার হাথু হাথু ফিংনা চঙলঙই। )

কুমার— ইপল। ইপুল!

মৈনো— করি তৌরে কুমার? অনা-অয়েক য়াওরব্রাও?

কুমার— ইপল, মোহিনীদু চেনখ্রে।

মৈনো— (ফিংনা) হা? করি হায়বা?

রজনী— (ফিংনা) করি হায়বা কুমার? ঐখোয় মোহিনীবো? কনানা চিংখিবনো? কনানা কাখিবনে? মাঙজরেদনা ঐসি। কমদৌনি? থানাদা তাকত্রা?

চাউবী— (ফিংনা) করিনোনে হায়রিবসিবো? মৈনো, কন্নম তৌতারিবগে? ইশুত্রবু কনানা কাখিবনো?

মৈনো— কুমার, চিংখিবরা চেনখিবরা ? অংমাঙা উহৌবরা ?

কুমার— ইপল, ঐ য়াম্না ফজনা উহৌই। চিংখিধা মান্দে। মশানা য়ানা চেনখিবা মাল্লি মথোয়গী মওংদু।

রজনী— কদায়দগী ওইরম্মোই। ইচাদো মহা চণ্ডালশিং অদুনা ফাবীবা ওইরম্মি। ঐদি ইনম্মা অহনবীগী মচা ডাক্তরদা থাজনি হায়দুনা লৈজরগা।

(রজনী ক্রিঙ ক্রিঙ চোংঙি।)

মৈনো— কুমার, কমদৌসিগে ? কদোমদা চৎখি ?

কুমার— ইপল, মখারোমদা চৎখি। তানবদি ফংলরোই। জীপ্তা পুখি। তৌসি হায়রগা পুলিসতা তাকপা মণ্ডায়।

রজনী— পুলিসতা তারুগা ঙসিমক ফংনবা, নুমিৎ তাত্রিঙৈসিদা।

(মুংশিতোম্বী মোং হাদ্না ইমুংদগী থোরকই।)

মুংশিতোম্বী— লৈশাবী ফাদুনা ময়ুম পাঙথিবদুবু ইরাঙ লাঙলিবা করিগীনো ? শিখি-নাখিবা নত্তে, করিগু মাঙলোই। কুমার, নিপাদু কনানো ? নং মশকা খঙহৌত্রা ?

কুমার—ইচে নিপাছবুরাও, ঐখোয় মখাথংবদা লৈবা তাদ মনিজাওগা তিন্নবা কুচু খরা ঙৌবা ওজা ওইবদো মাল্লি। তশেংনা মশক-মক্তি উহৌত্রে।

মুংশিতোম্বী— (মায়থোং মকা লাম্না) শোয়ত্রে অদুদি।

চাউবী— মৈনো, কমদৌ তারিগে হৌরিকপু ?

মুংশিতোম্বী— অবোক, মুংশা থীগমু। মোহিনী মশানা য়ানা চেনখিবনি। মমেংলোং ডাগলা হায়দোকপা, ময়াইনা লাক-

চরনি। অবোক, নশূনিপা ওইদৌরিবদো মরম য়াম্না ওকপনি, রাশীন্থ লৈবনি। হয়েং বর লাকপদা মশক উরগা খঙগনি।

রজনী— (শাওনা) করিনো মুংশিতোম্বী? নং করেম্নরিব্রা? (মৈনোদা) মায়-পাজী, করিনো মুংবংনদুনা লৈরিসিবো? থানারা করিনো তাক্লগা ঙসিমক কাদোক্লদবা য়াদে।

মৈনো— কুমার, করম তৌসিগে?

মুংশিতোম্বী— পাজী, করিন্থ তৌবীরুম্থ। শেল তিংনবা, পাঙ্গল রানবনি। অদুগী শরুকপুদি লুহোংনবা রা তানবনা ফত্রাও?

রজনী— করিগী লুহোংবা? য়ারোই-য়ারোই। ঙসিমক কাদোক্লদৌবনি। ইনম্মা অহনবীগী মচানিপা ডাক্তরদা থাজগদৌরিবনি।

মুংশিতোম্বী— ডাক্তরবু ময়া ওইনিংবী ইমা! ওইররোইয়ে রাখলদো। ইমাগী আশাদু অরেম্বনি। চেল্লুরবী ইনাওবু ডাক্তরদুনা পাম্বীগদ্রাও? ইনাওগী পুন্সিদা মাঙদুনা তোক্লবনি।

মৈনো— কাম্নদরে রজনী, মুংশিতোম্বীনা হায়বা চুম্মী। মশানা য়ানা চেনখ্রবনিনা কন্যা-দান মচা অমত্তুংগী রা থন্নবনা ফরদমাম্নে।

রজনী— এ: করি রানোনে মায়-পাজী? ঐনা ডাক্তরবু ইয়া ওইজগে তৌবসি তোকপা তারবা? ইয়া ডাক্তর কংদবা তারবা? অরেম্বা আশা ওইদুনা তোক্লবা! কত্তেদা ঐগী ইচাসে। মমা ঐনা পোকচরগা—।

(রজনীগী মতৌদুদা কুমার অমদি মুংশিতোম্বী নোক্লিংবা খাঙতি। চাউবী রজনীগী মতৌদু তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈ। মৈনোম্থ মাগী মুপী রজনীদা হাইক্নেং য়েংতি।)

[ তপ্না তপ্না কিজঙ হাইজিল্লকই ]

---

# তাজমহল

চুরাচান্দপুর
সেপ্তেম্বরগী অরোইবা চয়োল
১৯৭০

মীশক মীওই :-

| | | |
|---|---|---|
| শাহজহান | : | ঔরংগজেবকী অপোকপা |
| ঔরংগজেব | : | মোগল বাদশাহ |
| জহানারা | : | শাহজহানগী মচানুপী |

মফম : আগ্রাগী কিলা

[ আগ্রাগী কিলা মক্তংগী যমুনা তুরেল্লোম থংবা কানি। মক্কম অসিদা ঔরংগজেবনা অহন ওইরবা মপা শাহজহানবু ফারগা বন্দী থম্লি। শাহজহানগী মনাক্তা জহানারা নত্তনা কনাগুম্বা অমতবু চঙহন্দে।

য়াম্না চম্না তরু-তনানবা কানি। লৈতংগী পোৎশক থোইনা লৈতে। ফমুং অমা থাই। মহুদা নাহ্নুনা লৈরিবা শাহজহান তূম্লি। ফমুংহুগী লুখুম ওইরপ্না পুংভোগী তেবল মচা অমা; মহুগী মথক্তা ফুলদান্দা লৈ চবুন অমা অমস্মুং গুলাবজল হাপ্না মঙক চেংবা সুরাহী অমা লৈ।

ফমুংগী মায়য়োক্লবদা যমুনারোম থংবদা থোঙনাউ অমা কাংলি। থোঙনাউ অসি হাংদোকই। থোঙনাউ অসিদা যমুনা তুরেন মপান্দা শারিবা মমতাজগী নীংশিং-ফুরা তাজমহল য়াম্না নীংথিনা উবা ফংঙি।

ফিজঙ হাইদোরকপদা তাজমহলবু থাহ্নুনা শকপা ঈশৈ নীপাগী থোম্মোক্তা অথাপ্পদগী শক্লকপা তায়। অহানবদা তপ্না শক্লম্বদগী অম্মুম হোনা অমদি থুজিন্না শক্লকই। ঈশৈগী খোম্বাঙনা কাহ্নু পুম্লিন নিল্লি। ]

ঈশৈ—

তাজমহল ! তাজমহল !!

যমুনা তোর্ব্বান 'থক্তা

লৈঙোই শেক্তা মথক্তা

মমতাজ' নীংশিং-শক্তম

তাজমহল ! তাজমহল !!

**শাহজহান**—(তূম্লম্বদগী ফিংনা ফুক হৌগৎলগা ফংমুদা ফমহুনা অঙাওবগুন ) মমতাজ ! মমতাজ !! কদায়দনো মমতাজ ? ওঃ...... !

( জহানারা য়েৎথংবা নাকন্দগী তফিং·তফিং চেনশিল্লকই )।

**জহানারা** — ( শাহজহানগী মশা পায়রহুনা ) অব্বাজান, করি তৌরবগে ? কনাবুনো কৌরিবা ? ( মথক্বায় হুংঙাই-ডনা শুকথরহুনা ) কয়ারক হল্লা কৌহুনস্নু যমুনা খোঙবান্দা লেপ্লিবা ইমাগী নীংশিং-শক্তমদগী খোম্থাঙ য়ৈরকপা নত্তনা করি পাউথুম্নু ফংলিবগে ?

**শাহজহান**—ইপাগী জহান, নঙনা হায়বা চুম্মি। ইপানা কপ-লাউবা পূম্নমক্কী পাউথুম তাজমহলদগী থক্তোরকপা খোম্থাঙ নত্তনা করিস্নু ফংদে। অদুবু জহান, নঙবু পোকপী নমা মমতাজদো হৌজিক্তা ইপাগী নাক্তা লাক্লম্বগুম তৌইনে।

**জহানারা** —অব্বাজান, পূম্নমক বাথবি!! ঐথোয় পূম্নমকপু

গোকপিরগী ইমাদি ওসি তাইবংপান অসিদা লৈত্রে। মতুগী লেঙদবা খুদম তাজমহলনা ওইবি। (থোঙনাউদা থাপ্না উবিবা তাজমহলদা খুংদাম্বীনা থিল্লি।)

শাহজহান—(ফমুংদগী তপ্না কুমথবগা মশাক্তু হক-থক নিক্না থোঙনাউ মনাক্তা চঙশিল্লহুনা) অহুবু জহানারা, নহাক্কী নমা মমতাজদো ওরাং হুমিদাং থাগী লৈবাক্কগী সনাগী কৈবাক থাবগা মালেম অসিদা কূম্লক্লম্মি। নমানা ইপাগী খুৎ অসি পাযবগা কোয়চিং চিংহুনা তাজমহলগী মক্নুংদা চৎলম্মি। অহুদগী অমুক সনাগী কৈরাক্তুদা কাখৎখিহুনা থাগী লৈবাক্তা হনখি। নমানা হন্নমদাইদা নপা ঐবু চিংনা যেংলহুনা মাগী মনাক্তা লাক্লো হাযনম্মু ইংগিৎ পীবম্মি। উপায় লৈত্রবা নপা ঐদি তাজমহলগী মমাঙদা ফমহুনা নমাবু চিংনা য়েংহৌরগা ওস্থোক্না নিঙমদনা লৈহৌই।

জহানারা —অববা, পুম্নমক নিঙমদবা থম্মোইদগী থোবকপা রাখন ওক্তনি। ফমুংদা হীপথহুনা ওহাক্তা পোথাসি।

(জহানারানা শাহজহানবু মখুৎ শমহুনা পুরগা ফমুংদা ফমহল্লি)।

শাহজহান—ইপাগী ইমোম জহানা, ইপা হীপলোই। মতম পুম্নমক্তা নমাগী নীংশিং শক্তম্মু ইপান। পন্না য়েংবা পাম্মি।

জাহানারা —ইমাগী নীংশিং-শক্তম অসি অব্বাগী থবায়নি হায়বা ঐ খঙভি। অদুবু অব্বা, পোথাজ্রবনি হকচাং অসি য়াম্না শোক্লগনি।

শাহজহান —মমতাজমহলবু পেন্না য়েংবনা ইপাগী পোথবানিনে জহান। ইপাগী মচেৎ-মচেৎ তারবা থম্মোই অসে নমাগী নীংশিং-শক্তম অসিনা অমুক কুইবসি তাশিন-খোমজিন্দুনা থম্লকপনি। অদুবু ইপাগী জহান, করিগুম্বদা যমুনাগী ঈচেল্দা নমাগী নীংশিং-শক্তম অসি তাউথখিদুনা পাক্লবা ঈপাক ঈরোম্নুংদা লুপখিগদ্রা হায়নস্থ হুংশাথীবা পোকই।

জাহানারা — অব্বাজান, করিগী অদুক হুংশা থীরিবনো ? ইমাগী নীংশিং-শক্তম অসিনা যুগ যুগ থূদিংগী মীবোন কয়াদা অব্বা অমদি ইমাগী মুৎনাইদ্রবা হুংশি-ৱারী লীহৌরগদবনি।

শাহজহান— থম্মোইগী অৱাবা ৱারী অতোপ্পা কনাগুম্বদা লীথোক-তমথোক্লগা মৈচাক থরমথৈদি কোকই হায়নৈ। অদুনু ইপাগী নিঙমদ্রবা থম্মোইগী ৱারী অসিদি তাজমহলনা মীরোন লীশীং-লথা কয়াদা যুগ কযা চঙনা লীথোক-তমথোকহৌববস্থ ইপাগী থম্মোইগী মৈচাক্তি পিক্লবা মরিক অমগী চাং হুম্বগদবা নহে নে জহান। ইপাদি ওম্বোক্লা ৱারেদকো।

জহানারা — অমুক ৱাবা, অমুক হুংঙাইবা খুদা মহাক্কী লীলানিনে ঙব্বা। ৱারে হায়দুনস্থ হিংদবা য়াদবা মীওই-

পুন্সিনি। খুদা মহাক্তনা অথোইবনি; মঙোন্দা চঙজসি অববা। (মখুৎ অনীনা মথবাক্তা থম্লগা মমীৎ উইশিল্লহনা) লা ইলাহ ইললিল্লাহ মুহম্মদুর রসূলিল্লাহ—.........!

শাহজহান—অহুবু অনৌবা য়েন্নাং চোংলকদবা ময়োন অহু ভীম্না চিকথৎগ্রবদা করম্বা পাম্বীনা মপুং-মরৈ ফানা নীংথিনা হোবা য়াওবগে? ঙমতাক্নরিবা থম্মোইগী মৈচাক কেনকনি খন্দুনা নমাগা নীংশিং-শক্তম শারু-বনি। অহুবু কদায়? উরে, অম্বাবা মহেল্লি; উদ্রে, থম্মোহসে ঙহাক্তা নৈতাবা ঙমদে। শরৎ পুর্ণিমাগী নুরবা থাবন্দা যমুনাগী ঈথক-ইপোমলক্তা নমাগী নীংশিং-শকতমগী মমি তাবহু উরগা ইপাগী থম্মোই অসে অমুক্তা হেন্না খাঙবা ঙমদেনে জহান।

জাহনারা —(নিঙমদনা) অববা, অসূম্না অম্বাবা ৱাখল্দা খন্দুনা কেম্নবদি করম্না পুসি হুংশাংনা হিংগনি?

শাহজহান—ইপাগী জহান, লাইজথকী কোঙ্গোম্না ঙহাক তাউরম্লগা তাকখিবগুম তাকথ্রগদবা পুন্সিগীদমক করিগী হুংনাংলিবনো?

জহানারা —অববা, য়া য়াম্না ঙাঙলগন্থু। ঙহাকতা পোথাসি।

শাহজহান —হ হ.........(খিত্তুং নোকপা) হুংশিদকো ইপাগী জহান। (জহানারাগী মকোকতা মখুৎনা নাম্থ-বিরহুনা) ইচাগী চেংলো অসে ইপানা য়েংবগী পেনবা নাইদেদা। নমা মমতাজগী মশক-মতৌ,

রাশী-গুণ পুন্নমক ইচাদা লোইনা হৈজিন্দুনা লৈহৌরবনি। হৌজিক্কী মতম অসিদা ইপাগী নি হায়বা নহাক নত্তুনা কনা লৈরি ? ঐমক্কা পোকচবা ঔরংগজেব মশাগী ওইজবনা লাহংখিহুনা অপোকপা মপা ঐবু হুংশিবা থঙখিদ্রে। ঐবু মী অমা ওইবগী অধিকার ফাওবা ফংহন্দনা মক্কম অসিদা খুইব অমা ফাওবা চথোকহন্দবমখৈ বন্দী ওয়ি। ওস্থোক্কা থম্মোই কনখ্রেদক্কো মহাক অসে।

**জহানারা** — অব্বা, মোগোল শাহৈগী মিংচৎ মাঙহন্নবা পোক্লবা ফত্রবা মহাক্কী মরমদা খন্দুনা ইশানা ইশাবু অবাবা পীজরগনু। সে অব্বা, হীপথতুনা ঙহাক্তা পোথাসি।

( জহানারানা শাহজহানবু মশা পায়হুনা হীপথহল্লি। )

**শাহজহান** —অহুবু মহাক নঙবু পোকপী নমা মমতাজমক্কা পোকপনি। মপানদি মচাবু হুংশি ; মচানদি মপাবু হুংশিদ্রে। হুংশিবগী ঈচেল্সিবু মতমগী ঈচেন্না হনগৎনা থক চেন্দবগুম অমুক হনগৎনা চেনবা কৌবা মরৈরোইদ্রা ?

**জহানারা** —অব্বা, অম্তুন্না হুংঙাইতবা রাখনগা লোয়নমা রা য়াম্না ঙাঙলবদি হকচাংসি য়াম্না শোকপা তারে।

**শাহজহান** —তাইবঙ চেঙক্লেন লোইরক্লহুনা মমি শায়রবা পুন্সিসে কয়াম কুইনবু হিংখিগদগেনে ইমোম ?

**জহানারা** —( মথৱায় হুংঙাইতনা ) করি রাতানোনে অব্বা ?

অদূম্না হায়বিগনু ; নমোমগী থম্মোইনা খাঙবা ঙমদেনে।

**শাহজহান** —( মতোমত্তা ) হে খুদা, অমুক পোকপা অমুক শিবা অমা-হুংঙাইগী পুন্সি অসে নহাক্কীদি হোংফদ্রবা লীলানিকো।

**জহান'রা** —(ফমূংদা মপাগী মনাক্তা ফম্নগা ) অবা', ঙহাক্তদি হুংঙাইনা ভূমত্তনা পোথাসি কৈদৌবগে।

**শাহজহান** —অহিং কয়া ভূম্নাংবা পোক্রক্লবা অসিদা হৌভ্রিকপু অমুক ভূম্নাংবা ফাওথিগদ্রা ? ফরে জহান, নঙনা হায়বা হারগে। ভূম্বদি য়ারোই ; ভূমিম্না নমাগী নীংশিং-শক্তম্বু য়েংহুনা ঙহাক পোথাবা য়াত্রা য়েংগে।

( ঔরংগজেব চঙলকই )

**ঔরংগজেব**—ইচে।

**জহানারা** —( ফম্নম্বদগী হৌগংলগা ) ও: ঔরংগজেব ! নহাক মফম অসিদা করি তৌবা লাকপনো ?

**ঔরংগজেব**—অব্বাজানগী ফীবম করম তৌরি ?

**জহানারা** —অব্বাজানগী মরমদা নহাক্লা অমুক হংবগী করি কাম্নরিবগে ?

**শাহজহান** —কনানো লাক্লিবদো ? ঔরংগজেবলা ?

**জহানারা** —মাম্নি অবা। মফম অসিদা মহাক নত্তনা কনাবু চঙহল্লকদগে।

**শাহজহান** --করি মরমগীনো মফম অসিদদি ?

জহানারা —করিগী ওইগনি। মহাক্না মফম অসিদা লাকপদি অব্বা নিংশাশোর হোল্লিব্রা-হেন্দ্রব্রা য়েংবা লাকপসি মঙায়দনা।

ঔরংগজেব — ইচে, নহাক অসে নূপীনিকে:।

জহানারা —মান্নি, ঐ নূপীনি। করিগুম্বা ঐনা নীপা ওইরম্বা থোক্লবদি নচিন-ননাউ অতৈগুম ঐবুসু হাংকে অসিরা ?

ঔরংগজেব—ঐবু মীহাৎপা অমা ওইনা হেক্তা খল্লব্রা ?

জহানারা — খনবদা নত্তে ; নহাক্তি তশেংনা মীহাৎপনি। নয়াম্বা দারা, সুজা অমদি ননাউ মুরাদ নহাক্না মীহুংশি য়াওদনা হাংখিবা নত্রা ? অতুদগীসু হেন্দুনা নহাক্তি নঙমকপু হেক পোকপা অব্বাবু ফাজিন্দুনা কৈদী অমা ওইনা থম্বা ঙম্বা মীহুংশি খঙদবা শানি।

ঔরংগজেব—( শাউরপ্পা ) শাগৈ জাৎসু খঙদবী, মুম্নাক-মমিং নাইদবী নূপী নহাকনা হিন্দুস্তানগী বাদশাহ ঔরংগজেবতা অতুগুম্বা ৱাহৈ হায়বদি— ?

শাহজহান —( ফিংনা ফুক হোগৎলগা ফমুংদা ফমহুনা ) করি হায়বা ঔরংগজেব ? নপা ঐগী মাঙমক্তদা নমা অমতগী গর্ভদগী তারকপা নচেম্মু অতুক থীনা হায়বা। নঙবু ঐগী মমতাজমকনা পোকপনিকো ? নচিন-ননাউ পুম্নমকপু ওৎ নৈহুনা মাঙহনবা লোই-রবা ফাওবদা পেন্দ্রহুনা পোকপদগী মনীং থুংজ-রক্রবী নচেম্মু অমুক ওৎ-নৈবা হৌরগে অসিরা ?

( থোঙনাউদগী উবা তাজমহলদা খুদোনবীনা খিল্লহুনা ) য়েংঙু, ঔরংগজেব! যমুনাগী মপান্দা লেপ্লিবা নমাগী নীংশিং-শক্তমসে। মসে নঙবু পোকপী নমামক্কি থল্লু। নমাগী মমাঙদা, ঐমক্কী মাঙদা নচেম অসিবু অন্নাবা পীহূনা ওৎ-নৈরগা নঙগী করি অপেনবনে ?

**ঔরংগজেব** — অব্বা, পুন্নমক অসে ঔরংগজেবকীদি রাজনীতিনি !

**জহানারা** —হঃ, রাজনীতি! তমজনীংঙাই ওইবা নৈবাক ঙাক্লোনবু অসিরা? নঙগী অসিগুম্বা কুটনীতি অসিনা মরম ওইহনা মোগল সাম্রাজ্য অসে নোংমদি থঙহৌদনা নৈখা তাহনা মন্না ফংনা মাঙলরগনি হায়বসি নহাক খঙদ্রি। নহাকথক্তগী মোগল শাগেগী মিংচৎ থীরবনি।

**শাহজহান** —জহানারা, নহাকস্তু ঔরংগজেবপু অদূম্না থীনা হায়গন্থু।

**জহানারা** —মীহুংশি থর্ডবা মহাকপু করিগী হুংশিন্নিবনো অস্বা? মহাক অসে শাগৈগী মৈতান অশিবনি।

**শাহজহান** —অদূম্না হায়গন্থুনে জহানারা। ঔরংগজেবসে নমা মমতাজমকনা পোকপনিনে। মহাক নত্তনা হৌজিক মোগল সাম্রাজ্য অসে ঙাকপি-শেনবিনবা কনা নৈরিবগে?

**জহানারা** —অহ্ ওইন্নবস্তু অব্বা, ঔরংগজেব মন্নান নৈরবা মীশকনি। মহাকপু হুংশিফম, ঙাকপিফম

শুকথোক থোক্তে। মহাকপু মত্তিক চাবা দগি পীগদবনি।

**ঔরংগজেব** – করি হায়বা ইচে ? খুদা ফাওবনস্থ ঐবুদি দগি পীবা ওয়োই।

**শাহজহান** —ভাইখো ঔরংগজেব, নচেমদা শাউখিনু। জহানারা, নওস্থ শাউখিনু। মপা অমা ওইবা লম হেল্লবা ঔরংগজেবপু ঐনা দগি পীবা ওম্মি। অদুবু নওবু দগি পীগে হেক থনবদা নমা মমতাজনা হেক্তা খাম্বগুম তৌই। অদুনা ওসি ফাওবদা নওবু নরান কয়াদগী ভাকপিদুনা লাকপনি। ইপাগী ইমোম জহানারা, নওস্থ নমাগী ওয়োইনা পেজনবা নপা ঔরংগজেবপু ভাকপিয়ু।

**জাহানারা** – ফরে অববা, পোখাবসি। (শাহজহানবু মশা পায়-দুনা হীপথহল্লি।) ঐ ঔরংগজেবকা ব্বারী শাগে।

**শাহজহান** – নচিন-নপা শাউনগনুনে; নুংশিনৌকো।

**জহানারা** —অববানা হায়রিবসে তারেদনা ঔরংগজেব। নচাবু নুংশিবদগী ওসি ফাওবদা নরান কয়ামুক লৈদুনস্থ নওবু অববানা ভাকপিদুনা লাক্লি। নওনস্থ অববাবু নুংশিয়ু; অববাবু থাদোক্কুনা মী অমা ওইবগী মনীং তম্বা অদু ফংহল্লু।

**ঔরংগজেব**—ইচে, অদুরা নহাকী রাজনীতি ?

**জহানারা** – ঐদি নুপীনি ঔরংগজেব; ঐ রাজনীতি শাম্নদে। ঐনা হায়বদি অববাবু থাদোকউ সিদনি। কা অসিদগী

মপান থোক্তুনা কিলাগী মচুং-মপানবু হনগৎ-হন্দা চৎপা য়াবগী অধিকার অহু পীয়ু। যমুনা মপান্দা চত্তুনা তাজমহলদা পোথাবা ফংহল্লু।

ঔরংগজেব—ইচে, নহাক্না হায়রিবদো ঔরংগজেবকী রাজনীতিদা য়াওদে।

জহানারা —করিনো ঔরংগজেব, অববাবু থাদোকপগা নহাকী রাজনীতিগা করি মরী লৈনবগে?

ঔরংগজেব—ঔরংগজেবকীদি থোঙথাং খুদিং, মীৎয়েং খুদিং রাজনীতি ঙাক্তনি। ঐনা থল্লিবা লাখন, তৌরিবা থবক পুম্নমক রাজনীতিনি।

জহানারা —অহু ওইহুনমু ঔরংগজেব, অববা অসে মশা শোল্লে; অহন ওইরে। নোংমা নঙ্গগা নোংমদি লৈখোক লে য়হনা কেন্নগদবা পুন্সিনি। অববাগী লোইরম-দাইগী পুন্সিবু অবাবা পীরগা নহাকী করি তোংজবা লৈবগে? হৌজিক্তি ঐখোয়না মহাকপু হুংঙাই-হনগদবনি। অহুবু নহাক্না কাজিন্দুনা থম্বনা মখোঙনা খোংনা চত্তুন। তাজমহলদা কোয়বা ফংদরে। মফম অসিদা অর্বানা কপ্না-কপ্না তাজগী মমি য়েংহনা কে লিবা অসি নঙবু হুংঙাইরিব্রা?

ঔরংগজেব—ইচে, দুনিয়া অসিদা ঔরংগজেবতগী হেন্না শিংবা মী পোক্তি। নহাকী থুজীন-থৌরাঙ পুম্বা ঐ লোইনা খঙই। অববাবু মনীং তমহল্লগা অমুক হন্না বাদশাহ ওইহনগে, ঐবুনা দণ্ডিং পীগে অসি নত্তুরা?

**জহানারা** —( শাউরগা ) ঔরংগজেব, নঙগী থম্মোই অসে তাইবঙ-মীগী নত্তে ; জংগম্মা লৈবা শাহিং চাবা শাগী থম্মোইনি। নশাগী ওইজবনা মাঙওইনহুনা নপা অমদি নচেবু থাজবা ওমদে।

**ঔরংগজেব**—দুনিয়া অসিদা ঔরংগজেবনা থাজবা মীশক অমতা লৈত্তে। ইমা-ইপা, ইচিন-ইনাউ, ইতু ইচা—কনাগুম্বা অমতবু ঐনা থাজদে। দুনিয়া অসিদা ঐনা থাজবদি ঐ ইশা ইত্তোমতনি। ইশাগী রাখন, ইশাগী লৌশিংনা ঔরংগজেবনা থবক থৃদিংমক তৌই।

**জাহানারা** —অহুনা নহাক্না অব্বাবু বন্দী থম্লি ; ইপা অহুম্বু হাত্তোক্কই।

**ঔরংগজেব**—অচুম্বনি, তিংখং লৈরবদি যুদনবা হান্না শেংদোক-হোবা তাবনি।

**জহানারা** — মহুদি নহাক নশাগীদা খনবনি। শাগৈ অমদি সাম্রাজ্য অসিগীদি করিমতা থন্দ্রে।

**ঔরংগজেব**—ঔরংগজেবনা তৌরিবা পূম্নমক শাগৈ অমদি সাম্রাজ্যগী ফনবা ঙাক্কনি।

**জহানারা** —মহুনা নহাক্কী রাখল্লি। অহুবু তশেংবদি মহু নত্তে। মঙনা শাহঁশাহ আকবরগী মতমদগী চৎনরকপা চৎন-লীচৎ কয়াবু থুগায়রে। জাতি মশেন য়েংথি-ননবা, অমগা অমগা তুংশিনদনবা মরম নহাক্না হল্লে।

**ঔরংগজেব**—পূম্নমক অসে মোগল সাম্রাজ্যগী রাইকনবগীদমক্কি।

ঐনা কৈ খন্দুনা তৌবা থবক্তা ইচেনা য়েংপগী অধিকার লৈতে।

জহান রা —য়েংপা নত্তে ; বা তানবনি। ফরে, বাকম অসি তোক্লসি। ঐনা হায়বদি অববাবু রহম তৌ। নঙনা অববাবু থাদোকউ।

ঔরংগজেব—মচা অমা ওইনা ঔরংগজেবনা অববাজানবু থাদোকপা ঙংদে। মশামদি নহাক হিন্দুস্তানগী বাদশাহগী কৈদীনি।

জহানারা —( শ. .রপা ) ঔরংগজেব, হীরা-মণি-মুক্তানা থাল্লবা বাহোংগী সিংহাসন্দা ভাম্বোইহুনা পাক-চাউরবা মোগল সাম্রাজ্যগী বাদশাহ ওইবদি মপাবু বন্দী থম্নবা দমক্তরা ? নঙমকপু পোকপী ইচাবু নঙনা কাউথোক্লব্রা ? নঙনা অববাবু মুংশিন্নবসু ইমাগী-দমক খন্দুনা অববাবু অন্নাবা পীদবা কৈ। অববাসে ইমাগী নীশিং-শক্তম তাজবু মনীং থুংনা য়েংজবা ফংদবদগী ওম্থোক্লা নিঙমদ্রে।

ঔরংগজেব—হ হ হ..............( করিস্সু থৌওইদনা নোকপা ) অববানা মথন্নায় মুংঙাইত্রিবসে যমুনা মপান্দা শারিবা তাজমহলবু মনাক নকশিন্না পেন্না য়েংবা ফংদবগীনি অসিরা ? অদু ওইরবদি তাজমহল অসি থুগায়হনা মাঙহনখ্রবদি অববাগী মথন্নায় মুংঙাই-ত্রিবা, বারিবা পুম্বা কোক্লগনিদনা।

শাহজহান —( শাউনা অমদি মথন্নায় মুংঙাইতনা লোংনা ফুক

হৌগৎলক্তুনা ) ঔরংগজেব ! নয়াশা অমদি নমাউ হাৎপদা পেন্দ্রহ্নবা নমাবুম্ব অয়ুক্ক হাৎলগে অসিরা ?

**জহানারা** —( শাউনা ) মতম অসিদা ইথুত্তা থাঙ অমতং যাওরগ্র- বদি নঙক অহু লৈমায়দা কেল্লগদবনি ।

**ঔরংগজেব**—( কবিস্থ থৌওইদনা ) ইচেগী থাঙ অহু ঔরংগজেবনা লৈ পরেংনি খন্দুনা অম্বম য়েংহ্নবা লৈগদ্রা ?

**জহানারা** —তুমিন লেয়ু ঔরংগজেব। মক্তম অসিদা কনাস্থ নঙগী বা তানীংদে। নঙোম্বা অক্ষবা পাউতাক পীবদি মহু পুবা লিনবু শংগোম পীথকপগা চপ মান্নে। নঙনা মক্তম অসিদগী থুনা চৎখিবতনা নঙগীস্থ ঐখোয়গীস্থ অফবা ওইগনি ।

**ঔরংগজেব**—কনানস্থ ঔরংগজেবপু মক্তম অসিদগী তাম্বোকপগী মতিক লৈতে। অহুগা মসিমদি খঙঙু ইচে! ঔরংগজেব মশাগী মরোশিংনা থবক খুদিংমক তৌই ; মীগী পাউতাক লৌদে।

( ঔরংগজেব ফৎ হাইচেল্লগা থুনা চৎখি। )

**জহানারা** —( শাহজহানগী মনাক্তা ফমুংদা কম্লহ্নবা ) অববা, উবিরেদনা ঔরংগজেবকী লমচৎ-শাজৎ, ঝাঙাঙ- শাঙাঙ ? কত্রবা মহাক অমা পোকপদগী মোগল সাম্রাজ্যগী হুমীৎ মরায় চায়থরক্লে। কুইররোই, নোংমদি শোয়দনা তাথ্রগনি। অসিমক্তদা অববানা মহাকপু হুংশিরি।

**শাহজহান**—ইপাগী জহান, ঔরংগজেব অসিবু নঙগী নমা

মমতাজমহলী গর্ভদগী পোক্লকপা ঐগী ইচানিকো। অপোকপা মপা ঐনু কাজিন্দুনা বন্দী থল্লগা মহাক্কা হিন্দুস্তানগী বাদশাহ ওইপ্রবা। ওম্মিদা মহাক অসে। অহুবু কত্রবা মহাকসে ইচা কৌবনিনা হুংশিদবসু ওমদে। কনা হুংশিররোই, ইচানি কাওবা থল্লরোই নীংলুই। অহুবু নখোযবু পোকপী নমা মমতাজনা মপূক্লীংদা বারোখিগদবোই নীংঙিদে। অহুগা মচা ওইবা মহাক্কা মপা ঐগী পাম্মুনা অমদি হুংশিনা চেংজরিবা নমাগী নীংশিং-শক্তম্সু মচেৎ-মচেৎ তানা থুগায়গনি হায়রবকো।

জহানারা—করি মতিক লৈহুনা মহাকনা ইমাগী নীংশিং-শক্তম থুগায়গদৌরিবনো? কত্তবা মচা ওইবগী অহুক পঙডাও ডাওজবনি।

শাহজহান—( মতোমতা ) হে খুদা, করিগুম্বা মমতাজগী নীংশিং-শক্তমসে থুগায়খিবা তারবদি নীংখায়রকপগী নুংঙৌ মচেৎ-মচেৎ অহুনা ইথক্তা নন্দুনা পুন্সি চেংজেন থমহনবিয়ুকো।

জহানারা—অব্বাজান, অঙাওবগুম্না চোইরোন লোল্লিবহু করি-গীনো? ওহাক্তা ঈংনা পোথাসি।

শাহজহান—ইপাগী ইমোম, ইপা ঙাওরবনিনে। ওহাক্তা নত্তে; ইপাদি মতম চুপ্পগী ওইনা পোথারগনি। ইপাবু কোনখৎলু, ইপা কমুংদগী কুমথগে। মীহুৎথোঙ

মযাদা লেপ্পগা নমাগী নীংশিং-শক্তম্বু অমুক্তা পেন্না য়েংগেনে।

**জহানারা** —( শাহজহানবু কোন্দুনা ) অববা, নহাক্কী অহুগুম্বা থাঙাওহনা নচাগী থম্মোইসে পুবা য়াব্রেনে।

**শাহজহান** —ইপাগী জহান, ইপাগী হকচাং অসে য়াম্না নিকলে। কাংথোন অসিদগী কুমথহনা ঐবু মীহুৎখোঙ মনাক কাওবা চৎপা ঙম্রোইদ্রনে? নিংশাশোর হোনবন্ধু ওস্থোক্লা বারে। পিরাংনা থুমহৎলবা ইমীৎ অসিনা য়েংবদা পোৎ থৃদিংমক মশেন-মরাং উরেনে।

**জহানারা** —অববা, ঙহাক্কা পোথাসি। পোথারগা মরাইনা কজখিনি।

**শাহজহান**—নত্তে, ঐ পোথাবা পামদে। নমাগী নীংশিং-শক্তমসে ইপা পেন্না য়েংগে ( থোঙনাউদগী থাপ্পা উরিবা তাজমহলবু মুন্না শংত্রিক য়েংলগা ) করিনো তোরিবসিদি? উবগী শক্তি থাংলেদনা। ঐগী মীৎকী মমি শাম্রক্লে। যমুনা মপাল্দা লেপ্লিবা নমাগী নীংশিং শক্তমসে নীংথিনা উবা কংদ্রেনে জহান। মায়কৈ মরিমক অসে……অক! ( নিংশাশোর কুনগৎপা ) ….অমম•••বনা…কুপ…শিল…লক… …লে……নে।

**জহানারা** —( থাম্না হুংশা থীনা ) করি তৌরবগে অববা? ঙহাক্কা হীপথসি। ( জহানারানা শাহজহানবু হীপথহল্লি। ) দরবান! দরবান! অববাবু লায়রেংবা হকীমহু

কৌরকউ। তাত্রিবসিবু নখোয় কনা অমতা লৈত্র-
বরো ? দরবান ! দরবান !

( জহানারা 'দরবান-দরবান' কৌহুনা হুংশা-
থীনা চেম্থোকখি। )

শাহজহান —( রাহৈ মতেক-মতেক ওইনা ) ই…পা ..গী… জ…
হান,…নঙবু…কদায়.. দা…লৈ…বগে ? … ইপা
… বু কোনখং…লু। …নমা….গী…নীং…শিং….
শক্তম .. দো…অ…মুক…তা…য়েং…গে….নে।

( জহানারা কপ্পুনা চেনশিল্লকই। )

জহানারা —( কপ্পুনা ) অববা ! কনানসু ঐখোয়বু থৌওইবিত্রে।
হকীম অমতনা অববাবু লায়য়েংঙু য়াত্রে। ঔরংগ-
জেবপু কিবদগী মী থুদিংমক হাযবা ইত্রে। মহাক
লাক্লবদগী মী পুম্নমক ঙম্না মথৌ তৌত্রেনে অববা।

শাহজহান —( থক থক নিক্লা মখুৎ থাংগৎলহুনা ) ইপা…গী…জ
…হান,…কপ… কনু। … ই….পা…বু…কোন…
খং…লো…লাউ। …অ…রোই…বা—ওই…না
…ন…মা…বু… অমুক…তা…য়েং….গে।

জহানারা —( শাহজহানবু কোনখংলগা কপ্পুনা ) পেম্না য়েংঙু
অববা ! ইমাগী নীংশিং-শক্তম্সু য়েংবা নত্তনা ইপা-
ইচাগী উপায় অমতা লৈত্রে।

শাহজহান —( থক-থক নিক্লা ) অ…হু…বু—ক….দায়…তাজ
…মহল…দি ? …কং…ত্র…বা….মচা….ঔ…ঔ

ঋং···গ····জেব···না···থু···গায়······গ্র···ব · রা ?
···ঐ···করি···ম···তা···উ···বা···ক্বং···ত্রে···নে।

( শাহজহান্না জহানারাবু থক থক নিকপা মথত্তুনা তপ্পা তপ্পা নানবি। )

জহানারা —( মপাবু চেৎনা কোল্লগা কপ্তুনা ) অববা, হৌজিক করম তৌগনি ? নমোমগী উপায় লৈত্রে। পুম্নমকসে ফজ্রবা ওরংগজেবনা থোকহনবা ঙাক্তুনিনে অববা !

শাহজহান —( মতোমতা ) ম ··ম····তা···জ ! ···ঐ···বু···নঙ ···না···হুন···দোক···লম ল...গা...কদায - দা ...চৎ...ল...ব... গে ? ...লাক...থো...লাউ... নে ; ···ঐ···সু···ন···তুং···ইল···লক ··ল·· গে নে ·· ম···ম···তা···জ — !

( শাহজহাদগী মথা লেকথরকই। )

জহানারা —( হুংশা থীনা কপ্পা-কপ্পা কম্না খঙলাউ লাউবা ) অববা... !

( জহানারানা শাহজহানগী অশিবা হকচাংবু চেৎনা কোনশিন্দুনা কপই। তাঙ্গা অসিদা অথাপ্প-দগী লাউরকপা "অল্লাহো অকবর" হায়বা নমাজগী লাইশোন খোঞ্জেন তাবা ফংঙি। লোয়ননা নীপাগী খোজেন্দা ভেংথাংনাওইবা ঈশৈ অমা অথাপ্পদগী শক্রকপাতায়। )

ঔশৈ—

মমতাজ ! মমতাজ !

নঙগী নীংশিং-শক্তম

তাজমহল ! তাজমহল !

যমুনা তোর্বান 'থক্তা

লৈঙোই শেক্তা মথক্তা

মমতাজ' নীংশিং-শক্তম

তাজমহল ! তাজমহল !

[ তপ্পা-তপ্পা ফিজঙ হাইজিল্লকই। ]

মীশক মীওই :—

মন্ত্রী :

১বা ক্লার্ক :

২শুবা ক্লার্ক :

ক্লানোম অহন :

অর্দালী :

মৌনহা শবহেনবী :

মফম : মন্ত্রীগী কা।

[ নোংমাইজিং শুমিংকী অযুক্কী পুং ৯ তাবগী তাঞ্জা অহু-হাইনি। তরু তহেনবা ক'নি। ফক্লাংদা মেজা কয়াগী মিংশেন চনবা ফোটো অমদি ফক্লাং ঘড়ী থেংশি। কাহুগী য়েং ওইরপ্পা টেবল-চৌকি ; টেবল মথক্তা ফাইলনচিংবা চে-হুং, পেপর ৱেইট, মখোঙ পানবা কলম অমদি কেলেণ্ডর, কোল্লিং বেল অমসুং ফোন থম্মি। ওয়থংবা নাকন ওইরপ্পা মী লাক্লগা ফমবা সোফা থাই। কাহু থোঙ অনী পাল্লি। য়েংথংবা থোঙ মহুংলোমদা চঙখিনবনি। ওয়থংবা থোঙলা মপাম্দা থোকখিনবনি। থোঙ অনীমক অশংবা মচুগী পর্দা খল্লি।

ফিজঙ হাইদোকরকপদ মন্ত্রী চৌকিদা ফমলগা ফাইল ফাক্তো-জুনা করিগুম্বা চে অমা মুন্না য়েংহুনা লৈ। মপাম্দগী কোল্লিং বেল খীংলকই। মন্ত্রীনা পাউথুম পীদে। কোল্লিং বেল হন্না হন্না খীংলকই। য়েংথংবা থোঙগী পর্দা হাইদোক্লগা অর্দালী চেংশিল্লকই। মন্ত্রীগী মনাক্তা চপ লেপ্পি। মন্ত্রীনা বা হাঙদনা চঙহল্লকনু হায়বগী ইংগিৎ পী। অর্দালী ওয়থংবা থোঙলোমদা থোক্লরগা অমুক্ক চংলকই। ]

**অর্দালী**—সার, তঙাইফদনা উম্নদবা'য়াদবনি হায়।

**মন্ত্রী**—(অর্দালীদা হনগৎনা য়েংলগা) ৬স্থোক্লা পাঙথোকো নংসে

**অর্দালী**—ঐস্মু হায়জবনি, অদুদা—

**মন্ত্রী**—চঙহল্লকও।

(অর্দালী থোকখি, অদুগা বানোম অহনগা চঙনিন্নকই।)

**বানোম অহন**—নমস্তে মন্ত্রীজী।

বানোম অহন্না মখূৎ লোন্নদুনা মন্ত্রীদা নমস্তে তৌই।)

**মন্ত্রী**—(নমস্তে ওক্লুনা) নমস্তে-নমস্তে। তাদা ওইবে? লেংশিনশি

**বানোম অহন**—ফনি।

(বানোম অহন সোফাদা ফম্মি। অর্দালী য়েংথংবা থো হাংদোক্লগা মমুংদা চঙখি।)

**মন্ত্রী**—তাদা, বা-লাং ঙাঙনগদবা থরা কোন্না তৌসি। ঐ অরুব চে অমতং য়েংলি।

**বানোম অহন**—ফনি-ফনি, ঐ ঙাইজগে।

(মপান্দগা কোলিং-বেল অমুক খীংলকই।)

**মন্ত্রী**—কনা ওইরবনো? চঙবিরকউ য়ানি।

(১বা বার্কর ওয়থংবা থোঙ হাংদোক্লগা চঙলকই।)

**১বা বার্কর**—ভাইজো, ননাউ লাকচরি।

**মন্ত্রী**—ও:, নহাক ওইরে? ফম্মু-ফম্মু।

**১বা বার্কর**—(বানোম অহনগী নাকন্দা সোফাদা ফমথরদুনা ভাইজো, ননাউনা লাকচরিবসে—

**মন্ত্রী**—থংঙে-থংঙে, ফজাক্লা ফমথো।

(১বা বার্কর বা মথা ভাদে। মন্ত্রী মান্না য়েংলি

চেহ্‌ অহুম মুন্না পাহুনা লৈ। ১বা মার্করগা মানোম অহনগা তপ্পপ্পা মাবী শাই।)

ম'নোম অহন—ইবুংঙোবু ইমাম্বনা শক খঙবগুম তৌইদা।

১বা মার্কর—ঐনসু তাদবু শক খরা খরা খঙবগুম তৌজে।

ম'নোম অহন—হোয়নে, করিগুম্বা মতংদা ইচিন-ইনাউ উন্নখিব-গুম্বা— ।

১বা মার্কর—ঐখোয়' তাইঙোগী ভোটকী মতাংদা ওইরমগনি।

মা নোম অহন—হোয়নে হোয়নে, ইমাম্বা নীংশিংলক্লে। 'ঐখোয় মন্ত্রীজীগী অকনবা মার্দল অমা ওইখিবগুম তৌইনে।

১বা মার্কর—হোয়নে, মতমতুদা ইচিন ইনাউ ঐখোয় খেংনখি। তোখিবা ভোটতা ঐ ঐখোয়' তাইঙোগী য়াম্না কন্না হোৎ-নজখি ।

মানোম অহন—ইয়াম্বসু ঐখোয়গী লৈকাইহুমদি অতোপ্পদা অমতকা চোইথোকহন্দনা ঐখোয়' মন্ত্রীজীগীদমক হায়হনা খরা কন্না হোৎনজখি।

১বা মার্কর—ঐখোয়না হোৎনজমনগী মতিক ওসি ঐখোয়' তাইঙোনা ঐখোয়গীদমক লৈবাকী মন্ত্রী ওইবিরি।

ম'নোম অহন—অচুম্বনি ইবুংঙো। ঐখোয়' মায়কৈগী ঐখোয়গী নীহুংনা মন্ত্রী ওইরবনিনা ভোট ময়াদা হায়খিবশিংহু মথং মথং পায়খৎলক্কনা ঐখোয়গী লম অসে থুনা চাওখৎপা হা'বহু ওইগদৌরিবনি।

১বা ম'র্ক'র—ঐখোয়' তাইঙোনা মন্ত্রী ওইবদি লৈবাকী ওইনা লাইবক ফবনি।

**থাংজোম অহল**—ঐখোয় মন্ত্রীজীখোয়দি লৈবাক্কী অশেংবা, নেত্তানি।

**১বা ব'ক'র**—অদুনবু ঐখোয়' তাইগোদি কাহুনতা লাক্লিবনি।

**থাংজোম অহল**—মতুংদসু প্রজা ঐখোগনা মশক খঙনা লৈবাক্কী অশেংবা নেতা ঐখোয়' মন্ত্রীজীদবু ঐখোয়গী মীহুৎ ওইনা থাগৎকদবনি। অশেংবা নেতানা লৈবক্কী সেবা তৌবগদা লৈবাক অসি ফগদবনি।

**মন্ত্রী**—(ঙসায়মথৈ কাক্কোক্কুনা য়েংলুবা কাইলদু লোইশিল্লদুনা) অদুবু ঐখোয়গী পুজাশিং অসিনদি পঙবশিনা মতু খঙবিদেদো। ঐখোয় লৈবাক্কী সেবা তৌনিংঙি। অশেংবা নেতাদা চোংথোরকউ। ঐখোয মখোয়গী মতেং পাংগে। অদুবু মরক ময়াগী অশাবা নেতা ঙাবতা থোরক্কপশিনা করম্না মথোঙ মরম খঙদবা মখোযদা লৈবাক অসি শিন্নগনি। অদুনা ঐখোয় ইবৈব্যক্কী থনবদা শেন খরা মথৈ তিংগ্রবসু ভোট কাদবা য়াদবনি।

**থাংজোম অহল**—য়াম্না চুম্বজাৎনি মন্ত্রীজীনা হায়রিবা। প্রজানা পঙলুবসু অশিংবা মন্ত্রীজীখোয়না থবা হোংনবিরিবসে য়াম্না লাইবক ফবনি।

**১বা বার্কর**—অদুবু হৌজিক্তি মীশিংসে থরা থরদি শিংনরকএ। অমনা হেকত্তা হোইহনা পুবা য়াবদু নংলক্কে।

**মন্ত্রী**—কদায়দগী শিংবনোনে? পঙবগী মথক্তা মবুক্‌কত্তবা অমগা হাপচিল্লক্লিবনি। মসিদনি নেত্তা ওইবা ঐখোয়না থাক্লিবসে।

অপঙবশিংগী লৈবাক্তা ঐখোয়না নেত্তা ওইনা চোংখোক্ৰবসে করিগুংগীনো হায়বত্তু য়ৌরবনি।

**বানোম অহন**—মন্ত্রীজীখোয়না অস্তুক বানা হোংনবা অসিন বা ওইনা লৌদজনা যেংলনিঙাঙলনিদা হায়ত্নুনা হৌহৌ চোংলিবা মরক ময়াগী নেত্তাশিং অসিদা লৈবাক অসি অমুকত্তুম শিন্নত্নুনা য়েংলবদি খঙগদবনি।

**মন্ত্রী**—নত্ত হেক যাবা নত্তেনে তাদা। ঐখোয়না ত্তৌরিবসে ইশাগী নত্তে। এজা মীয়ামগীনি, লৈবাক্কীনিনে। ইরৈবাক্কীদমক ইশাগী অমাবত্তু থাওদবা য়াদবনি।

**ংব' ধার্কর**—অত্নুনবু লৈবাক্তা ঐখোয় ভাংত্তোগী মিং শোয়রিদনা। ভোটপু কনবদি ময়াম কম য়েন্নবদা ঐখোয়' ভাইত্তোদা মন্ত্রী অমদি মশোযদ্রবনি।

**মন্ত্রী**—ময়ায়া হুংশিবিবগীনি। হুংশিবিবদসিদনি ঐনা হায়রিবত্তু। অত্নুগা ত্তৌদবত্তু যাদবা। ইশাগী যেংত্নুনা হেক হানীংলুদবদা লৈবাক অসে মরক ময়াগী নেত্তা শাবা চোইহাশিংগী মথুংত্তা তাখিত্নুনা জুগোং চরোইদ্রা সিনি।

**বানোম অহন**—চুদ্রিবনিনে মত্নুত্তু।

**মন্ত্রী**—অত্নুনবু লৈবাক্কীদমক হেক খনবদা য়োংনা চু পায়বদৌনা ফম অমদি অত্তুম কন্দুনা থন্নিবনি। চহী মঙা মঙাগী ভোট মত্তম ওইরকপদা কাররোইদ্রা হায়ত্নুনা অমুকত্তু নুংশা থাবা পোকহদো। করিগুম্বা কাহোদবা তারবদি লৈবাক অসি মাঙগদ্রা হুংশা থীরিবনি। অত্নুদা শেন ত্তিংলবত্তু

মথং অমুক অনীরকস্তু লেপ্লবা তৌবিখো। তাইঙোগীদমক ননাউ ঐখোয়স্তু লৈক্ষরি।

মন্ত্রী—ইয়াম্বস্তু খল্লিবনি হৈবুংঙে। রাজনিতি হায়বসে ইশানা য়াম্না পামজনা য়াওরকপনি। শিবা ফাওবা রাজনীতি অসিদা শিগে খল্লিবনি। অদুনা অনৌবা মীওইশিংগী মথুন্তা হেক থাদোকথ্রবস্তু লৈবাক অসে জুগোৎ চারোইদোবনিনা ইয়াম্বগী হকচাংসিনা শোর হোল্লিবমখৈদি ভোট অসে অমুম লেপখিগে খল্লিয়ে।

হানোম অহন—খনবিরিবত্থু অচুম্বমনি। লৈবাকী সেবাদা নীংহম্মবা তৌবিস্ত।

মন্ত্রী—অদুদা ঐখোয়না অমুক থবায় য়াওনা হোৎনজবসে অপঙবা প্রজাশিং অসিনা খঙবিদে। মীক্ষত্ত থরনা ঈনশিনবা য়াদুনা ঐখোয়বু ভোট কাহল্লোইদোবগীস্তু হোৎনৈদো। মসিদনি ঐখোয়না বিভুলা চুরিবসে।

১বা বাকর—মী থুদিংমক অশিংবা অক্ষবা ডাকতা ওইয়ু হায়বদি কদায়দগী য়াগদগেদো তাইঙো।

(ফোনগী রিং খীংলকই। মন্ত্রীনা ফোন পায়থৎলগা বা ডাঙনৈ।)

মন্ত্রী—হলো, য়েস প্লিজ। ... ... ফনি, ঐখোয়না হায়নখিবত্থু শোয়ররোই। ...... অ ......উম,......ঐ হৌজিকমক দি ও লেটর অমা থাথ্রগে। হান্নস্তু মশা কৌরগা ভার্বেলবুদি হায়থ্রবনি। ... ..অ..... ফনি। ......য়েস, ও কে।

(মন্ত্রী ফোন থম্লগা কোল্লিং বেল থীংডি। মচু লেংম থংবা
কাগা থোঙদগী অর্দালী প্রপ প্রপ চঙলকই।)

অর্দালী - কবি ত্তাকপিগদবা ?

মন্ত্রী—(ফাইলদগী চিঠি য়াওরবা চিঠিখাউ অমা পুথোক্লগা) নহান
হুমিদাং ঐগী ইনাকত্তা লাক্লম্বা ওফিসাস্থু মশক খঙজিদনা ?

অর্দালী—খংজে সাব।

মন্ত্রী—মাগী মযুমম্থু খঙবা নত্রা ?

অর্দালী—খঙজে, মুকম্থু চৎচরুবে।

মন্ত্রী—অহুদি মঙোন্দা দি ও লেটরসি পীরু। (চিঠিখাউহ
অর্দালীদা পী; অর্দালীনা লৌই।) মশক খঙদবা মীকা
মাগা লোয়ননা লৈবক্লবদি মাগী নুপীদা পীরম্থু। সে-মাই
হাযরুহু; থম্লগা হেক্তা হল্লকউ।

অর্দালী—ফনি।

(অর্দালী ওযবোমথংবা থোঙদা থোকখি।)

মন্ত্রী—( অমুক ফোন পাযখৎলগা ) হলো, ফাইভ টু আইট।
............যস। ..........ইবুংঙো জয় মশা লৈত্রো ? ...
অ.. মাবু অমুক্তা পায়হল্লকউ। .......ইবুংঙো জয়ব্রো ?
.......অ, ঐনি-ঐনি। তৌগদবসি হয়েংনিদো। ....
অ, লিক ওইহনগন্নুকো। ... .... রিমাইন্দর ওইনা ঐনা
ঐগী অর্দালী থাখিবনি। .........হৌজিকত্তা চৎখিবদা
ঙাইহরি। ...অ, . অ,....... অ,...হোয়,............ ফৈ-ফৈ।
...ফবে অহুদি। ...যেস ও কে।

( মন্ত্রী ফোন থম্মি। )

১বা ৱাক'র—তাইঙো, ননাউগীহু হয়েংগীসিদা শোয়দনবা—

মন্ত্রী—হয়েংগীসিমক্তি কয়া থাজদে। অহুবু হয়েংগীসিমক নম্রবসু ইনাউগী অমদি শোয়দনা—।

১বা ৱাক'র—অহুদা তাইঙো— ?

মন্ত্রী—থাজদবা তৌগনু। মথংদা চান্স কয়া লৈরি। অমদি শোয়রোইনে। অহান অকোনগী ৱাদনি।

ৱানোম অহল—মন্ত্রীজী, ঐনা হায়জবহুনা করম তৌবিবা তারিবা ? ঐখোয়গী নীপামচাহুসু হয়েংগী ইণ্টরভিউসী যাওজবা তারি।

মন্ত্রী—ঐনা ঙম্বা মতাংদা য়েংজগে। হয়েংগীসিমক্তি হায়বিগনু।

ৱানোম অহল—য়ারবদি ঐখোয় মন্ত্রীজীনা হয়েংগী সিদা দেশা উপায় অমতং তৌবিহুনা—

মন্ত্রী—ৱারৌবিগনু তাদা। ঐনা হেন্না তৌজনীংলিবনি। অহুদা ঐখোয়না তৌজরিবসে লৈবাক্কী সেবানিদো। সেবা অসিদা ঐগী মীগী খায়জনীংদে। ফগ্নিবা ইনাউ অসে ঐগী ভোট মতমদা থায়দগী হেন্না ৱাবিখিবা মীশক্নি। মাগী ফাওবা ঙসি করিমতা তৌবিবা ঙমদ্রি।

ৱানোম অহল—অহুদি......... ?

মন্ত্রী—নীংবা কায়বিগনু তাদা। ঐবু ৱারৌবসু তৌবিগনু। তাদখোর ইনাউখোয়না ইলেক্সন মতমদা ঐগীদমক তৌবিখিবা ঐ কাউজদে। অহান অকোন নাইনা ঐনা মথং মথং তৌজরকনি।

১বা ৱাক'র—তাইঙো, ননাউনা হন্না হন্না হায়জে হায়হুনা

ঋায়োৌষণ্নু তৌবিগন্নু। তাইচোনা নিনাউগী থবক মচা অমত্তং য়েংবিত্ত্রবদি··· ·····।

মন্ত্রী—করিগী ঋাবৌবনোনে? হাযাদবনি হন্না তন্না। মতাংবু চারবদি ইনাউনা হায়বা হাযদবা থিদনা ইয়াম্বমন্নু হেক্তা তৌরক্কনি। অন্থুদা ওস্থোক্কদি লুপ্রে। মন্ত্রীসে ইতোমতনি নংত্তেদো। ঐগী পোর্ফোলিওদা মথাদ লৈবা ওইরবন্নু মন্ত্রা খুদিংমক্তা, এম এল এ খুদিংমক্তী কোটা কন্নবদা মশীং হেক্তা শুনদবনি। অন্থুগীন্নু মথক্তা ইনাউগুম্বা অমদি তদ-গুম্বগী মকমদা কনন্না শেনগী ঋাকমন্নু হোদোক্কনি। ঐনক্না ঐগী ওইবা মীওইদগী শেন লৌবা পামদবনি। অন্থুবু সরকার অসিগী লৈবিবা পোলিসা প্রোগ্রাম অসিনদি শেনগী মথৌ ঙাক্তা তারকপম্নিনা ·········।

ঋানোম অহন—মন্থুগীদি চিংনবিগন্নু মন্ত্রীজী, ময়াম্না তৌনরিবন্থুমক ঙমত্রবন্নু থরদি—।

মন্ত্রী—এঃ এঃ, নহু হাযাবগন্নু তাদা। করম্না তাদগী থবক্তা ঐনা শেন লৌগদগে? অন্থুগী মথক্তা হয়েংগী অসিদি থবক পুম্নোই লোইরবনি। ইন্টরর্ভিউদবু হয়েংনি হায়বনি; কনা কনা হায়বদো নহান্না লোইরবনি। মতুংদা চান্স কয়া লৈরি। ঐ করিমতা কাউজরোই।

১বা ঋার্কর-খঙদ্রেনে তাইচো, ঐখোয়নদি থক্না থুনা পামজরিবা।

মন্ত্রী—ঐনা হেম্না ইনাউখোয় তাদখোয়গী থবক্তি থুনা পাঙ-থোকপা পাম্লিবনি। সরকার অসিগী পোলিসী প্রোগ্রামদা থবক ফংদবশিংবু থবক থুনা পীনবা: হোৎনবা হায়বন্নি

য়াওরিবনি। অহুবু থবক মশীংগা তৌগদবা মীগী মশীংগা খেন্নবনিনা পাক থুবা যাদে

রানোম অহন—মন্ত্রীজীবু, মতাং অসিদা বা অমত্তা—?

মন্ত্রী—হায়বিযু য়াগনি।

রানোম অহন—ঐখোয়গী সরকার অসিগী থৌশিল্লা লাইরবা কোকহনবা হায়বা বাক্য অমা হাইকেৎ তাজখিবহুবু কম-দৌবিগ্রবগে ?

মন্ত্রী—মহু থয়া থবা পায়খৎপা হোজরে।

১বা বার্কর লাংরববু কোকচববদি থবকীদমক তাইঙোখোয়গী নাকোঙ বাই চিংহজরোই।

রানোম অহন—মতাং কদায়বাই য়ৌবিরবগে ?

মন্ত্রী—হৌরকপদা মঙাযবি তাদা মুমথোঙ তক্তুনা মথং মথং তপ্পা তপ্পা লৈবাক শীনবা থুংনা পাযখৎলকদবা থবক্তি। গ্রোঙ চেক হৌরগা ফেল ওইহনবসু পামদে। হৌজিক অহানবদা চা যেং ওইনা প্রজাগী মীহুং ওইরিবা এম এল এশিং, মন্ত্রীশিং ঐখোয়গা য়ুং যুমদা হৌবদা মঙায়রি।

(মপান্দগী কোল্লিং বেল খীংলকই।

মন্ত্রী—কনা ওইববনো ? য়ানি, লেঙশিনবিরকউ।

( ২শুবা বার্কর ওয়থ বা থোঙদগী চঙলকই। )

২শুবা বার্কর—তাইবুংঙোবু ননাউনি।

মন্ত্রী—এঃ ইনাউ ওইরে ? কমদৌরি ? থয়া হুংঙাইরিব্রাও ? কম্মু।

রানোম অহন—ইবুংঙো, সোমদা লেঙশিল্লকউ। ফম্মিগ্নসি।

২শুবা বার্কর—ফনি।

১বা ৱার্কর— এঃ ভাঈনিনা উন্নদবা কুইরেদনা ?

২শুবা ৱার্কর—হোয় ভাঈ, উন্নদবা কুইরে। পুন্সীগী হিংননবা লম্বেন্নদি তোঙান তোঙানবনিনা—।

(২ শুবা ৱার্করনা সোফাদা ফম্মি।)

মন্ত্রী—ইবুংঙো, নহাকপু করম তৌরিবগে ?

২শুবা ৱার্কর—কমদোগনি ভাইবুংঙো, শিবা ঙাইহুনা হিংবা হাযবহুগী মওঙদা অম্নম পঙলৈ মরৈজ্ঞরি।

মন্ত্রী—ইনাউনা ইয়াম্ববু থরা ৱারোরমগনি। ইবুংঙো, শাউবা য়াদেহে। নহাকী লুহোংবগী বার্তোন্দো মতম চানা ফংঙি। অহুবু থৌ অসিনা চিনমনবনা লাকপা ঙমখিদবনি। মন্ত্রীনি হায়হুনা আ-অহুগী অদাগী বার্তোন্সিনা ঙুংশীৎমুক কুংঙি হাযবহুনি। কনাগী নালা ভেংবা, উকু শঙ্গাবা ফাওবা হেক বার্তোন তৌরকই। শংবা কৌবা শূক্লৈ লৈতে।

২শুবা ৱার্কর—ননাউ শাওজদে ভাইবুংঙো। ঐগী লুহোংবা হুমিত্তু ভাইবুংঙোনা কদায়দনো অমা চিফ গেষ্ট ওইবগা কানথি।

মন্ত্রী—হোয়নে, হুমিৎ অহু য়াম্না চিনথি। নতেমবেম্মবু ঙহাক য়োক্ল হায়বম্ন মশা ঙমদহুনা—।

২শুবা ৱার্কর—মহুগীদমক ননাউ করিম্ন হুংঙাইতবা তৌজদে ভাইবুংঙো। থবক শংদবা, হকচাং ঙমদবা হায়বসিদি ৱারোনবা য়াবা নত্তেদা।

মন্ত্রী—অহুনি ইবুংঙো ৱারোনবা য়াদে। লৈবাকী সেবাগীদমক্ল হায়হুনা চোংথোক্লুরবা ঐথোয়গী অচিন অকোম, অম্না

অনাসে তাদথোয় ইনাইখোয়না খরা খঙবিদ্রেবদি ঐখোয়
কবয়া লৈবাক্কী চুপ্পী পায়বা ঙমগনি।

রাশোম অহন—অচুম্বনি, ঐখোয় খায়গী মীহুৎনি হায়ঞ্জনা
থাগৎলুরবনিনা মন্ত্রীজীখোয়গী অরা-অনা, অচিন-অকোম
ঐখোয়না খঙবা তাবনি। হৌজিক্তি মন্ত্রীজীখোয়না হায়বা
পুম্বা ঐখোয়না যাবা তাবনি।

মন্ত্রী—অচুনি তাদা, তাদথোয় জ্ঞান খরা তাবিবা কাঙবুদি
ঐখোয়গী অচিন-অকোম খঙবিরিদনসে। কনা কনাগুম্বদি
ঐখোযগী মরমদা কানা-কানী ঙাঙনবস্মু মখাওরিবনি।

২শুবা রাক'র—অচুবুদি তাইবুংঙো, মী খূদিংমক অকবা ঙাক্তা
ওইযু য়াবদি নত্তেদো।

মন্ত্রী—হোয়নে, অচুনিনে। মীয়ামগী মীহুৎ ওইরুরবনিনা ঐখোযস্মু
খরা খাংবা তাবনি। অচুবু তরাই তরাইবদি নত্তে। দিকেন্জ
তৌবা ওম্হোক্লা রাপ্রে। মন্ত্রীনা শেন চায় হায়রুনা মরোন
অমা রা-রা লাউবিরিবা।

১বা রাক'র—বারৌবিবদি য়াদে। তাইঙো। তাইঙোমক্লা চাবিরু-
রবস্মু শেন চাবা মন্ত্রী অমা/অনীদি য়াওরম্রগনি। অচুনা
মীয়াম্না ঙাওনরিবনি।

রাশোম অহন—অচুনিনে ইবুংঙো, চাক চিঙ্গিং অমনা চেঙকোক
অমা মাংখোকই হায়রবস্থনি।

মন্ত্রী—শেনবুদি ঐস্মু লৌরিবনি। অচুবু শেন চাবা হায়রবচুদি
নত্তে। লৈবাক প্রজা অমিগী অকবা থবক পারখৎনবা

শেন্দি লৌদবা য়াদবনিা অত্থুগা মন্ত্রী ঐখোয়না লৈবাক প্রজাশিং দা তৌজনিংবা আপিল অমদি লৈ।

২শুবা বাকর—করম্বা আপিল ওইববনো তাঙ্গবুংগো ?

মন্ত্রী—ঐখোয়গী আপিল অসিমক ইবুংঙোদি য়ুম-কৈ পাল্লবা মীশক শমা ওইরবনিনা খঙজিনবা মকৈ।

১বা বাকর— ননাউ ঐখোযম্বু তুংগীদমক খঙজিজগে, কবিনো তাকপিয়ু।

মন্ত্রী—ঐখোয়গী সবকাব অসিনা হল্লা হল্লা লাউহনতা লৈববা আপিলনিদা। অতৈ নকে, য়াইফ-য়ুম্বাল।

বানোম অহন—মতাং অসিদা ঐ কবিগুম্বা বা অমতং হায়জনী'ঙি।

মন্ত্রী—হায়বিয়ু কদোবগে।

বানোম অহন—ঐখোয লাযববা মীচম প্রজাবুদি যাইফ-য়ুম্বালনি হায়হনা অশী নন্ত্রগা অহুমদগী হেনগন্দ মহায়বি।

২শুবা বাকর—হোযনে তাদা, দো যা তৌন, বস। যাম্না লাউবি বেড়িওদকা।

বানোম অহন— অত্থুগা মন্ত্রীজীখোয়গুম্বা লৈঙাক মপু ওইবিবিবা, কম চাউবা, তলব যাম্না চাবা ওফিসাবশিংগুম্বনা নুপী অনী/ অনী, অহুম/অহুম লোন্দুনা মচা অম্বুক যাম্না পোকপা য়াওন-বিবসিবু কবম তৌবিরিবা জাংনো ?

মন্ত্রী—মসিগী বাফমসি তাদখোযনা জ্ঞান খবা তাবা বাংপিবনরি। লাইরবা মীচম প্রজাদি মচা য়াম্নগা শেংপা চাবা মনীং থুংহনবা ঙম্লোই। বাবগী মথক্তা অবাবা অমুক হাপচিন্দুনা অবেঙ অবেঙ থুদিংগী লৈত লাইরগী কোমদা অম্বুম পুখ্রগদবনি।

অহুনা চাবোক কন্ট্রোল তৌদবা য়াদে। অহুগা ইনাকখুনবা, তশব চাউনা চাবা ওকিসায়গুম্বশিংদদি মসি থোক্লোই। মচা দর্জন অমা পোক্লবসু মখোয়দি য়াম্না লায়না মেণ্টেন তৌবা ঙম্মি।

১বা রার্কর—ঐগী মোত্তা ভাইভোনা হায়রিবিবসি অফবা পোলি-সীনি হায়না লৌজে।

র'মোম অহন—করম্না ইবুংভো?

১বা রাক'র—অহুবুরনে তাদা, লাইরবা ঐখোয়দি ইচা-ইশু য়াম্নগা লাহৈরমনবদগী নংবা হাযবহু ওইগদৌরিবনি। অহুনা অনী নত্রগা অহমদগী হেলহনবা য়াদে। ইনাকখুনবশিংদি য়াম্না পোকসহু। মচা ময়ামশিং অহুগী শেম শাবদা মখোয়গী মরুন মথুম অহু অস্রম থরা থবা হস্বরক্লগা লাইরবা ঐখোয়গা মান্ন-রক্কুনা লাইর-ইনাকখুনবা তেম্বগী মওঙ অমা লাকপা য়াই।

মন্ত্রী—ইনাউনা হায়বা অচুম্বনি। মতনি ঐখোয়' সরকারনা ভাবক্লবা হোৎনরিবা।

২শুবা রাক'র—অহুদি ভাইবুংভো, ফেমিলী প্লান্নিং হায়বসি চাবোক থিংবদা নত্তেদনা। ইনাকখুনবশিংনা মচা য়াম্না পোকপসিম্নু ফেমিলী প্লান্নিংগী মহুং চনবা প্রোগ্রাম অমনি হায়না লৌবা য়াইদনা।

মন্ত্রী—অদুম্না লৌবসু যাই রাখল অমরোমদা।

২শুবা রার্কর—ভাইবুংভো, রারীসু য়াম্না শুংভাইরি। মরক থৎপদি ভারগদ্রা? ননাউনা লাকচরিবসে—।

মন্ত্রী—খঙলে শকলে, ঐ কাউথোকপা নত্তেক্কা। অাম চাবা লাকপা মতমদা ইয়াম্বনা থোরদনা হোৎনবিগনি।

( অর্দালী ওরথংবা থোঙদগী চঙলকই )

অর্দালী—সারবু মশামক্তা পীজরম্মে।

মন্ত্রী—ফরে।

( অর্দালী হেৎখংবা মোঙদা চঙখি। )

২শুবা বার্কর—তাইবুংঙো, খুদোংচাবসিবু ইরাক মরাক্তা ?

মন্ত্রী—হুংশা থীগন্থু ইবুংঙো. তাঞ্জা লাকখিনি।

( মপাল্লোমদগী ওষথংবা থোঙগী পর্দা হাইদোক্লগা মৌনহা শকহেনবী অমা খোইরুম মোমোন নোক্লহনা মমীৎ মনা তথক তথক মঙক খিংজিন্নকই। )

মৌনহা—তাইঙো, চঙজরকপা য়াগরাও ?

মন্ত্রী—( হক্কৎনা য়েংলগা ) ইবেম্মরা ? করিগী য়াদদগে চঙলকউ-চঙলকউ।

মৌনহা—( চঙলক্লগা মন্ত্রীগী মনাক্তা চঙশিন্নহনা ) তাইঙো, কবম ভোবিরিবগে ? উন্নদবা কুইরে। হন্দক মরক্তি ইরেঙ লেঙথোকপিরক্তে। ওম্বোক্লা চাউথোকপিগ্রে।

মন্ত্রী—চাউথোকপা নত্তেনে ইবেম্মা। লৈবাকীগী থৌ পুবসিদা ওহাক্তা শংদবনি।

মৌনহা—শংঙি শ দে হায়বা ঐসু খঙই। ঐখোয় মীচমগা লৈবাকী মপী মপা ওইবিরিবা তাইঙো মন্ত্রীখোয়গদি কদায়-দগী মায়বা য়াগদগেদো।

মন্ত্রী—করিনোনে নঙনা য়াম্বলিবগুবো ? ওম্বোক্লা মক্তৌ লৈনা

বা ডাংথে। থবক চিনমনবদগী শংদত্তনা মতৌবনি, ওন্থোক্লা বারৌ চাউথ্রেদা।

মৌনহা—বাবৌচাউবকা নংচদে; অদুম্না খনবিগন্থ। বা অমতবু হায়জনীংবনি। য়াবিরোইদ্রা কবিনো?

মন্ত্রী—করিনো হায়যুনে। নঙনা হায়বা য়াদবা করম্বা মতমদবু য়াওথ্রবগে?

মৌনহা—( খোইরুম মোমোন নোৎরগা মীৎচি কৎ থংচিল্লহুনা ) হায়জগদৌরিবসে শোযহনবিবদি য়াদেকো।

মন্ত্রী—শোয়নবা তৌই হাযহরনে? ঐ কৈ বাকী মন্ত্রীনিনে ইবেম্মা। করিনো নঙনা হায়নীংলিবহুদা হাযয়ুনে।

মৌনহা—( চিংনবপ তৌবা মওঙদা ) অহুদা হৌস্থ হৌদোক্লুরগা করিগুম্বা যাবিদহুনা—?

( মৌনহানা বানোম অহন অমদি বার্কর অনীদা হাইকেৎ যেংই। কন্নিবা অহুমহুনস্থ মৌনহাহুগী মতৌহু য়েংহুনা লৈ।)

বানোম অহন—ঐখোয ঙহাক মপান্দা লৈবনা কগদ্রা?

মৌনহা—লেঙথে.কপিড্রবস্থ য়াগনিদা। থোইনা লুবা বা নংচদে।

মন্ত্রী—নঙনা হায়নীংলিবা বাহুবু করিনো? হায়রোনে।

মৌনহা—( নোকফেৎ তৌরগা ) অহুবুরনে ভাইজো, থোইনা লুবদি নত্তেদা। হুংশিবিরবদি ভাইজোনা য়াম্না লায়না ঙম্বিবা জাৎনি। হয়েংসিবু থবক হাপ্লগী ইন্টর্ভিউ অমা তৌবিগদৌরিব্রাও?

মন্ত্রী—তৌগদৌরিনে। নঙগী মীককা য়াওগদৌরিব্রাও?

মৌনহা—ইপ্‌াশিং খোকপা অনীথক য়াওগদৌরিয়ে।

মন্ত্রী—য়াওগদৌবা লৈরবদি নহাক্না মতম লৈরিঙৈদা হায়বা য়াত্রাও ?

মৌনহা—কল্পিনোনে হাযবিরিবসিবু তাইঙো ? য়াবিয়রোই হাযরিব্রো ? মথোয়না ঐঙোন্দা হাযরবদি কুইরবনি। ঐনস্থু তাইঙো লেঙলক্রগা হায়জগে হায়হুনা লৈজবনি। তাইঙোনা লেঙবিরকমন্দ্রবহুদা মতম হেন্দোকথিগদৌরে হায়না গুংশা থীজহুনা হেক্তা লাকচরবনি। হযেংগীসিদবু শোয়হনবিরবা তাইঙোগা ঐগগী লম্বী কক্করবনি। কৌস্থু কৌনরবোইদবনি।

মন্ত্রী—কবিনোনে ইবেম্মা মতৌ লৈবী ? ঐনা য়াই-যাদেস্থু হাযদ্রি। নহাক্সা লম্বী ককপগী বা হেক্তা লোইশিল্লিবসিবু—। কনা-কনানো হাযবা মমিং মথাহুদদি হায়থোদনা। ঐস্থু হোৎনহুনা যাবরা মযেংগনি।

মৌনহা—ঐগী বাদি যেংবিযু হাযজবা নৎচদে। শোযদনা ওইনবা তৌবিয়ু হায়জবনি। হোবেন্সে তাইঙোনা শংবা মতমদা ঐগীদা অমুক্তা লেঙথোকপিরকউ। মতমতুদা ঐ লোইনা হাযজগে।

মন্ত্রী—ফরেনে, হোরেন ঐ লাক্কে। ঐস্থু অমুক্তং লাক্লীংহুনা লৈরম্লিবনি।

মৌনহা—খরা ওল্লপ লেঙবিবকউ। তাইঙোগী সেবাগীদমক লৈজবা খব্রদং থৌরাঙ তৌজরমগে। অহুগনে কল্লিগুম্বা খবক শংদ্রেকা হাযহুনা লেঙবিরক্ত্রবদি শোয়রেদো।

মন্ত্রী—শোয়দনা লাক্কনি ; মী অমস্থু লোক্সনরক্কনি।

মৌনহা— ঐ য়াম্না ঈখৌ লাংনা তাইঙোবু ঙাইহুনা লৈজরম্নগে।
অহুদি ঐ চংচগ্রগেকো তাইঙো।

মন্ত্রী—ফরে ফরে, খোগ্রো।

(মৌনহা খোয়রুম মোমোন নোক্লহুনা ওয়থংবা খোঙ-লোমদা থোকখি। মৌনহাহু থোকখিবগা মন্ত্রীনা খুদর্ক্তা কোল্লিং বেল খীংখি। অদ'লী চেম্বোরকই।)

অর্দালী—করি ওইরবনো সাব?

মন্ত্রী—হৌজিক্তা নূপী অমা থোকখিবনি; হল্লকখো হায়যু। অহুগা ড্রাইভরহুসু কার থৌদোকউ হাযরম্মু।

অর্দালী—ফনি সার।

( অর্দালী ওয়থংবা থোঙদা থোক্তুনা নূপীহু কোবা চংখি।)

যানোম অহন—মন্ত্রীজী, ইচিন ইনাও ঐখোয় অহুম ফমজরিবসিগী মেন অমতং তাবিনবা।

মন্ত্রী—মেন তাবা হায়ববু হায়জরিবসিনি, মতাং চাবা লাকপা মতমদা য়াবিবমখৈ ঐ তৌনবা হোৎনজগে। মতুংদা অমুক নোংমা লেঙবিবকউ।

( মৌনহাহু নোকমি নোকমি তৌরহুনা অমুক চঙলকই।)

মৌনহা— তাইঙো, ঐবু হল্লকখো হায়ববু করিগী ওইবিরবনো?

মন্ত্রী—ঐসু চথোক্কদোরে, চৎমিন্নগ্রসি হাযবনি। লৈবাক শেম্বদা য়াওরিবী ইবেম্মনিনা ইবানী য়ান্নী অমসু শাগদবা লৈ।

মৌনহা—ঐগী ইশক মতা অসিনা মন্ত্রীগী কারদা তোংববু ফজ্জ-গদনে? তাইঙোহুম ইচে'বেম্মনা শাউহ্নকো।

( অর্দালী চঙলকই।)

ঙ্গহালী—সার, কার থোঁদোকহোরে। করি করি পুথোকচো হায়বা"?

মন্ত্রী—ঐ করিমতা পুরোই। ( ফম্বিরা অহুমদা ) ইনাউ অনীগা তাদগা খারৌবা য়াদে। ঐ থবক অমা লৈরে। হয়েং কোন্না অমুক উন্নসি। ( মৌনহাদা ) ইবেম্মা, চৎলা:স।

( মন্ত্রীগা মৌনহাগা তুংথ-মাঙথ চৎমিন্নখি। কমছুনা লৈহৌবা মথোয় অহুম ফুক-ফুক হৌগৎলগা তংক তওক য়েংনৈ। )

[ তপ্না তপ্না ফিজও হাইজিন্নফই। ]

মীশক মীওই :—

শানোর : প্রিয়জীৎকী মপা

সনাহন : লতাসনাগী মপাবুং

চাউবীতোম : শানোরগী নুপী

প্রিয়জীৎ : শানোয়গী মচানীপা

লতাসনা : প্রিয়জীৎকী নুপী

মফম : শানোরগী য়ুম।

[ অকে-অমোগী লৈতেং যাওদবা ইচম চম্ব' মীতৈ য়ুমজাউগী মাংঙোন্নি। ফমেন্দা ফমেন-যক অমা থাই। ফক মনাক্তা তোংজৈ পানবা হীদ কফু অমা থিল্লি।

য়ুমগী অহন শানোয় মপাল্লোমদগী থোদেম্নহনা চঙলকই। ]

শানোয়—( ফক্তা ফমথরহনা ) কনা কনা লৈ? চাউবা তোন, তারিব্রা? হীদাক ঙাম্বক অমতা হাল্লকউ। ( ঙহাক তুমিন লৈরুবগা ) করিনো মী অমতা লৈতবদোনা শোৎ-পেক লাউদবসিবু? নূপীমচা লতাসনা, নমেম লৈব্রো? ইকুগী হীদাক হাল্লকউ হাযয়ুনে।

( লতাসনা মকোক খুমহনা হীদাক ঙাম্বক অমা পুরগা ইমুংদগী থোরকই। হীদাকফুদা ঙাম্বক পানশিল্লি। )

শানোয়—( মমৌনুপীদা হনগৎনা যেংখৎলগা ) নূপীমচা, নমেম লৈব্রা?

লতাসনা—( থোঙজীন ময়াদা থরা হঞ্জিল্লগা ) অবোক্তি চথোকখি।

শানোয়—অহুদি নঙনা অমুক হাল্লুব্রবসু চথোকখ্রগা চথোকখি হায়রগা লোইরে।

লতাসনা—ইকুবোক, ঐনা ইমুং অসিদা হেক লাকপদগী ঙসি ফাওবদা ঐবু লম্নানবী অমগুন থনবিবসি করিগীনো? ঐগী করি নুরান লৈববগে?

শানোয়—ইকু করিম্ থন্দে নূপীমচা। চুম্না নমেম লৈব্রবদি নঙনা হীদাক অমুক হাল্লুব্রবনু য়াই হায়বদনি।

লতাসনা—পূম্নমক ঐ লোইনা খঙজৈ। ঙসি ফাওবদা ইকুবোক্না ঐগী ইখুৎ চাবিত্রি। ফজবা লোন্দা রানবনি তৌরুহ্ মহাক্-

বিবনি। পুক্লী'দদি ঐবু ঈম্বোক্লি। ঈম্বোক্লিবগী মরম খঙহনবিয়ু। ঐগী করি ইরান্নো হায়বিয়ু?

শানোয়—নুপীমচা, করিনো নঙনা হায়রিবা অদুবু? নঙনা নপুক্লীংদা পঙখন খনবনি। নঙসে ঐগী ইমৌনিনে ইমৌ। ইচা নিঙোন লৈজদবা ঐগীদি নঙনা ইচা নিঙোনম্ম শক্লিবনি।

লতাসনা—অদুগা ঐবু শোক-শন্নবা যাদবী লম্লানবী অমগুম?

শানোয়—নুপীমচা লতাসনা, নঙগী ম্বাখন্দু ওন্নবে। করম্বা মতমদা ইকুনা নঙবু মীত্তোপনি হায়বা য়াওখ্রবগে?

লতাসনা—কদৌঙৈদম্ম হায়বিখিদে। অদুবু ঐগী ইখূৎ চাবিদ্রিবা অসিগী মরম?

শানোয়—ইহে-ইহে, নঙগী ম্বাখল ওন্নরে নুপীমচা। ইকুনা মহাকপু হুংশিবদগী হুংঙাইনা লৈজো হায়দুনা থবক-ইনথাং তৌহন্দবনি। কবিগী মগু-মগুবা খল্লিবনো?

লতাসনা—ঐনা ইমুং অসিদা যুমগী মৌ অমা ওইনা লাকচবদি ইবুবোক-অবোকখোযগী সেবা তৌজগে হায়বগীদমক্লি। অদুবু ঐগী লমচত্তা কবম্বা অমকপা লৈদুনা ঐবু অমুক খাঙবা ঙমদ্রবা দগি অসি পীবিরিবনো?

শানোয়—নুপীমচা, নঙনা হাযরিবসে ইকু জ্ঞান তাবা ঙমদ্রে। ঐখোয়না নখোন্দা করম্বা খাঙবা ঙমদবা দগি পীরবগে? নত্তে, প্রিয়জীৎনা নঙোন্দা করি করি হায়রবগে? নখোয় অনীবু খৎনরব্রনে?

লতাসনা—ঐ মহাকা খৎনজদে; মহাক্সু করিসুহায়দে। ইমুং অমগী মৌ ওইদুনা লৈরগা ইকু-ইনেম লৈনা লৈনা সেবা

তৌজবা ফংহনবিদবা, অসিগুম্বা মসিদগী হেন্না খাঙবা ঙমদবা ইকাইনীংঙাই ওইবা দণ্ডিসিবু করম্বা অমা লৈরিবগে ?

শানোয়—নুপীমচা লভাসনা, নঙনা খল্লিবা রাখন অসিবু করিনো ? নঙনা হাযদোরকপগা ঐখোয়না থনবগা—।

লভাসনা—অদু ওইরবদি চাক-ঈশিং খোংহনা ইমুং অসিগী সেবা তৌজবা য়াবগী অধিকার অদু ঙসিদগী পীনবিয়ু। ঐনা হাঙ্গরক্লিবা হীদাক অসি ফানবিহনা ঐনা চিংনজরিবা অসি কোকহনবিয়ু।

শানোয়—(হৌগৎলগা) ওস্বোকপনি নুপীমচা। ঐখোয়নদি নঙবু হুংশিহনা নথুৎ ফাওবা মোৎহন্নীংদবদগী পুন্নমক অদো তৌহন্দবনি। অদুবু নঙনদি ওস্বোক ওস্বোকপা রাখন্না নশাবু হুংনাংহজরে। শেরান্নবা রাখন থনগনু। হয়েং কম-শেন্নহনা নাববা মতমদা ইয়া অসিদা চাক মরু অমতং ইনবিগদবা মীশকসিবু নঙ নত্তনা কনা লৈবগে ? কবিম্মু নত্তবদা হুংনাংলুনু ; নপুন্সি লাইমন ওইনবনি। থাজোকো ঐনা হায়বা। নত্তবা রাখন করিম্মু খল্লুগনু। ইকু অম্বাই ফাওবদং চখোক্লুখিগে।

(শানোয় চৎখি। লভাসনা মরু লুকথহনা লৈহৌই।)

লভাসনা—(মপি ঈরা চেক্কহনা মতোংতা শোল্লাংননা) ঐনা খল্লি-বসিবু লাল্লত্রা ? লান্দে অদুবু করিগীদমক ঐবু অম্মুম্না লৎনবিব-নো ? অম্মুম্না অম্মুম ইমুং অসিদা ঐবু কয়াম কুইনা থাঙখিগদগে ?

(লভাসনা চেম্বরকপা মপি ফিজিনা তৈথোক্লম্বহনা ইমুংদা চঙগে তৌই। প্রিয়জীৎ লাকই।)

প্রিয়জীৎ—লতাসনা।

লতাসনা—(থোঙজাল্লোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপ্লগা) করিনো ?

প্রিয়জীৎ—নঙনা নহান পাম্মি হায়বা ফিদো ঙসি লৈরো। ঐগা চৎলগা লৈমিন্নরুসি হায়বরা ? নল্লগা ইমাগা চৎমিন্নরগা লৈরুগে হায়বরা ?

লতাসনা—লৈদ্রবস্ু য়ারনি।

(লতাসনা ইমুংদা চঙখি।)

প্রিয়জীৎ—লাকখো, বা ঙাঙনসি।

(লতাসনা থোরক্কে।)

প্রিয়জীৎ—(খোন থরা কল্লপ্না) লাকখো হায়বনি।

(লতাসনা থোরকই।

লতাসনা—করিনো ?

প্রিয়জীৎ—নঙবু কৈদৌরবগে ?

লতাসনা—করিস্নু ত্তোদে।

প্রিয়জীৎ—ঐনা বা হায়রগা নীংথি-হুংঙাইনা গুমদ্রিবা করিগীনো ?

লতাসনা—খুল্লিবসিদি।

প্রিয়জীৎ—নঙগী পাউখুম মথুম অদো পেন্দে। নহান হেক হায়বগা লৈবিদে হায়দুনা শাউরিবা হায়দুরাও ?

লতাসনা—ঐ করিস্নু শাউদে।

প্রিয়জীৎ—শাউদ্রবদি ফি হায়বহ্ লৈরুরো। ফুরিৎখাউদগী লুপা চাম্মখক পুথোক্কুনা পীরগা) সে, লুপা চাম্মনি। ইমাগা চৎলুগে হায়রবস্ু চৎলু।

লতাসনা—লৈররোই। (শেন লৌদবা)

পি্রয়জীৎ—করিগী লৈররোইদোরিবা ?

লত সনা—করিশ্ন তৌদে।

পি্রয়জীৎ—লৈজনীংত্রগা তোক্লেদনা। ঐগীদি শেন তিংদ্রে, কনা করে।

(প্রিয়জীৎনা মাগী ফুরীৎখাউদা শেন্দু হাপচিল্লি।)

লতাসনা—(বারৌবপ তৌনা) ঐগীশু বে।

(লতাসনা ইমুংদা চঙগে তৌই।).

পি্রয়জীৎ—ঙাইখো ; নঙনা তৌবিবসি করিনো ?

লতাসনা—ঐনা কবি তৌনবগে ?

পি্রয়জীৎ—(খোন কল্লপ্না) তৌরিবসিদি ?

লতাসনা—(য়াম্না ৰারৌনা) খঙদি খঙবিদনা ? ঐবু নুপী অমনি হায়হ্নুনা লৌবিবগা অসুম্না থম্বিরিবসি করিনো ?

পি্রয়জীৎ—নঙবু কযাম নুংঙাইনা থম্মু হায়বগে ? ইবেম্মা ? স্নিদগী হেনবদি লাই ওইনা লাৎকদবা মঙাইরে।

লতাসনা—(যাম্না ৰাবৌনা) নঙমক্না অসুম্না হায়বা ঙম্লবা ? ঐ ইমু' অসিদা লৈবা ঙম্লরোই।

পি্রয়জীৎ—ঙমত্রগা লৈত্রেদনা। ঐনা নঙবু কাজিন্দুনা থম্বা ঙম্বা ? চৎনীংলগা চৎচখ্রো ?

লতাসনা—(কপ্লি-কপ্লি যাম্না পুক্রৌ-ৰারৌনা) য়াম্না লৈহন্নীংলমত্রবা জাৎ ওইরে। লৈহন্নীংত্রগা নহান্না হায়বিবা যাদ্রাও ? ঐবু করিগী অসুক ওৎ-নৈবিরিবনো ?

পি্রয়জীৎ—(শাউরপ্না) নচীন্দু থীন্নু। নঙবু কনানা কবিদা ওৎ-নৈরবগে ? চৎনীংলগা হেক চৎখো, ঐবুদি রদনাম তৌরমগদ্রু।

লতাসনা—(শাউনা অমদি বাবোনা) চৎখিনি।

(চাউবীতোন মপাল্লোমদগী লাকই।)

চাউবীতোন—করিনোনে নখোয় অনীনা তৌনরিবহুবু ? চৎকনিগা চৎলুগা বা বা কৈরোই-লৈকাই মমাঙসিদা কবিমতা ইকাইদ্রবা ?

প্রিয়জাৎ—ঐসু করিমতা খঙদে। ঐখোয়' ইমুংসিদা লৈনীংদ্রে, মাবু য়ান্না ওৎ-নৈবিরে হাযযে।

চাউবীতোন—কবিনোনে হায়বিবসিবু ? নঙনা মঙোন্দা করি হায়বিকরবগে ?

প্রিয়জাৎ—ইমানা ঐঙোন্দা অমুক তাইনবক্লিবসিবু কবিগীনো ? ঐ কবিমতা খঙদে, ঐঙোন্দকা হৎলকনু।

চাউবীতোন—খঙদে হায়বা হেক য়াব্রাও ? কবি তৌনববগে ? করিগী খৎনরিবনো হায়বনি নখোয অনীবু ?

প্রিয়জাৎ—অহু-আদাকা ঐ খঙদে। মীনা লৈনীংদ্রে হাযরগা কাহনা থপ্পা ঙম্লা ? চৎচখিসনু।

চাউবীতোন—অহু হেক য়াব্রাও ? যুম পানবসিবু অঙাং মচাগী চাউবী থোংবী শাম্নব্রাও ? নখোয় অনীমক জ্ঞান তাউ। কবিসু লৈতবা বাফম অমগীদমকস্থ হেক খৎন, খবা ঙংনবগা হেক খায়ন তৌরবদি নখোয়বু করম্না যুম পানগদৌবিবনো ?

প্রিয়জাৎ—অহুবু সমৌ ইবেম্মসিনা ঐ অসে পামদ্রে, ঐখোয় ইমুং অসিদা লৈনীংদ্রে হায়য়ে।

চাউবীতোন—অহুবু করি মরমগীনো হায়বনি ? (লতাসনাদা) ইবেম্মা লতাসনা, ঙসি নখোয় অনী খৎনরম্মিবসি করিগীনো ?

ইনেমদা চাযয়ু। মালা নীপানি হায়দুনা পঙডাও ডাঙবা, পঙচৈ চৈনা হেক যাত্রা ?

লত্তসনা—অবোক, নমৌনুপীবু ডাকপিয়ু । ঐ অবোকখোয ইনাবাকখোঁয থায়গী সেবা তৌঙ্গগে লাকচবনি । অহুবু... ।

চাউবতোন—নঙগী অহ ঙদাবা ঐ হৎদে । হবি তৌরবগে অহুদা মহায়য়ু। মুল্লা থনগদবদিনে যুম পানবা হায়বসে চুম্নী অঙাং মচাগী শাম্নবা নবে হাঙবসিনি।

লত্ত সনা—মতিক চাদবী ঐনা ইমুং অসিদা লৈবসি মতিক চাত্রে। ঐ ইপানদা চৎচগ্রগে ।

চাউবতোন—করি মরমগীদমক চৎকদৌরিবনো ? নঙোন্দা পিয়জীৎনা করি হায়রবগে ?

পিয়জীৎ—ঐ পকশিল্লকয় ঙমা। ঐ করিমত্তা হায়দে। মানা লৈনীংদ্রে চৎলগে হায়বগী চৎত্রো হায়বদনি।

চাউবীতোন— ঐ নঙোন্দা হংদে। তুনিন লৈয়ু, তানীংদে।

লতাসনা—মহাক্না হায়বা চুম্মি। ঐঙোন্দা মানা করিমত্তা হায়দে। ঐনত্তা চুম্না চৎলগে হাযজবনি।

চাওবীতোন—চুম্না চেক্তা চৎলগে হায়রগা য়াব্রনে ? নঙবু কনান করি হাযরে? করি ননীং থুদবা লৈ ?

লতাসনা—কনানমু করিমু হায়দে।

প্রিয়জীৎ—ডায়েদনা ইমাম্মু। ইমুং অসিদা মাগী মমীংনি।

লত্তসনা—(থাবোনা) ঐনা করি ইমীং তৌরহুনা ? ইমুং অসিনা ঐবু মী অমা ওইনা থনবিরিব্রা ?

চাউবাতোন—করিনো লতাসনা ? নঙগী হা অসি মরো লৈ। মচেক মরানা ডাঙগনু । হায়নীংথক্থু থোক হায়দোকউ।

লতাসনা—পুন্নাংক ঐনা লানবনি।

চাউবাতোন—নঙনা লানবনি হায়রগা হেক য়াত্রা? রাকম অসে নখোয় অনীতগী নত্রে। ইমুং পনবা রাঙদি নকুম্ম ঐস্থু য়াওরে। মচেক-ময়ানা হায়গদৌ শরুক ঐখোয়না নঙোন্দা করি তৌরে শেংনা হায়য়ু।

লতাসনা—ঐনা অবোক্তা হাংজরিবসিনি, ঐনা লানবা ভাক্তনি। ঐবু ভাকপিয়ু।

চাউবাতোন— নঙগী লানবা লান্দবা ঐ খঙদে। বা কাংখোক্লবদি, বন্দিনো চাংবা তশেং তশেংনা হায়য়ু। নক্লবদিনে, ঐ চাংবী তাম্নি খঙউ।

প্রিয়ম্বদ —মরম চাদনা ইমুং বদনাম তৌবা য়ারোই। নঙনা চংশোংলবস্থু মরম পীরম্বা তাই।

লতাসনা অহুক য়াম্না তকশিনবিরদি ঐ অসি ইমুংসিদা কনানো হাযবহু হায়বিয়ু।

প্রিয়ম্বদ—ঐনা লোবা নূপী। সিদগী হেন্না করি হায়য়ুগে?

লতাসনা—ঐনা ইমুং অসিদা বরম্না লৈ হায়বসি খঙবিব্রা?

প্রিয়ম্বদ—ইমুং অসিগী মৌ অমা ওইনা। করি য়াংলি?

চাউবাতোন—ঐগীনা ইচানা লোবা ইনৌ। মসিদা নঙগী ননীং ঙা দবা করিনো?

লতাসনা—অহু ওতরবদি ঐবু ইমুং অমগী মৌ অমা ওইবগী কংকম থোকপা ভবিকাব গুহু মপুং কানা পীবিরিব্রা?

প্রিয়ম্বদ—কংলিবা তহুদগী করি হেন্না পাগ্নি?

লতাসনা—অহুদি কংলিবা অসি মৌ অমনা কংকম থোকপা অহু ওনা কংলে খংবিরব্রা?

চাউবাতোন—করিনোনে নঙনা হায়রিবহৌবু লতাসনা ? ঐবু জ্ঞান তাদ্রে।

লতাসনা—নীপা অমনি হায়রগা মাগী নুপীগী ফীভম খঙবা ঙম্বিদ্রিবসি করিগানো ?

প্রিয়ঙ্গাৎ—খঙলিবসিদগী করি হেন্না খঙঙ্, হায়বগে ? নঙবু লাই ওইনা লাংলু হায়রিব্রাও ?

লতাসনা—মহৃ নীপা অনা ওইবগী ঙাঙবা ঙম্মি হায়হৃনা পঙঙাঙ ঙাঙবনি।

চাউব তোন—নত্তে, নখোয় অনীনা ঙাঙনরিবা অহৃ ঐ জ্ঞান তাদ্রে। লতাসনা, নঙনা হায়নীংঙিবহৃ করিনো ? প্রমান পান্নি অমুক তোদ্রবস্থ কোক হেক হায়দোকউ।

লতাসনা—(বারোনা) অবোক, ঐবু নমৌ অমনি হায়না খনবিরবদি অহল-লমনগী সেবা মপুং ফানা ফংহনবিদবসি করিগানো ?

চাউব তোন—নঙনা ঐখোয়গী করি সেবা ফংদ্রবগে ?

লতাসনা—অবোক, মৌ অমবু মথুংনা চাক-ঈশিং থোংহৃনা মহু ননেম্বু পাঞ্জ-পীথকপা ফংহনাবদ্রিবসি মাবু হকাইবা পাবা নঙবরা ?

চাউব তোন—হহে, অহৃগা ওইরে নঙনা অহৃক নথবায় হুংঙাইংঙনা বারোরিবদি ? ঐখোয়না নঙবু বাহন্নাংদবদগী তোবনিদা।

লতাসনা ঐ অমা নৈনা নৈনা অবোক্না ঈশিং অশেংবা খোকপা, চাক থোংবা করিগী তোকম খোকপিবগে ? মখি ঐবু ঈখোকপিবা নত্তা ?

চাওবীতোন—করিনো নঙনা হায়রিবহৌবু ? নঙগা শেরান-তুরান থনবনি। অমত্তা পোকচবা ইচানা লোবা নঙ অসে ইমৌ নঙে, হচানি। ইনেমা হুংশিজবনা নঙবু ৱাহন্নীংদবগী তৌহল্লবনি। নহুগীদমকপু করিগী হুংঙাহত্তবনো ?

লতাসনা—অবোক্না ঐবু হুংশিবিবদগী অদুম্না হায়জনবনি। অহুবু ইকুবোক্নদি ঐবু পামদে। ঐ অসি ইকুবোক্কা থৱায়না ত্তাবা মমৌ থোক্কে। হায়ন-শাংনহুনা লোবা নুপী নত্তে, চেন্নকপনি। অহুনা ঐবু ঈন্থোকপনি, ইখুৎ চাবিদবনি।

চাওবীতোন—মহু পুম্নমক অহু নঙনা শেরামনা থনবংমে নুপামচা।

প্রিয়জীৎ—হায়রিবসিবু ইমা, লতাবু পাজীনা— ?

লতাসনা—নহাক্তি য়ুম অসিদা লৈত্তবনিনা থঙবদে। কীভম অসিদা ঐবু কয়াম কুইনা থাজহুনা লৈখো হায়রিবগে ?

চাওবীতোন—করিস্থু থল্লুহনে হুপীমচা, নঙগী ৱাথন অহু অরানবনি।

লতাসনা—ভগৈংমমক ঐগী ৱাথন অসি অরানবা ওইরবদি কগদবনি। মোংমা নত্রগা নোংমদি ঐবু হুংশিবরকনি থন্দুনা মতম অমুক কুইবসি থাজরকপনি।

প্রিয়জীৎ—ইমা, লতানা হায়রিবা অমদি নহাক্না থুম্নিবা অসি ঐ ত্তান ত্তাবা মঙদ্রে। শখোয়না হায়নরিবসি করিনো ?

চাওবীতোন—করিস্থু নত্তেদা। নখোয় অনীমক করিস্থু ত্তিনকহু। পুম্নমক ঐনা কনবা শীনগনি।

প্রিয়জীৎ—ইমানা কনবা শীনগনি হায়রিবহৌবু করিনো ?

লতাসনা—ঐনা য়ুম অসি থাদোকপদনা পুন্নমকী অকবা ওইগনি।

প্রিয়জাৎ—(খোন থরা কল্লগা) নঙগী তুমিন লৈখো।

চাউবাতোন—কান্নদবদা বা অসি শাংথগদৌরি। নুপীমচা, নঙ য়ুম অসি থাদোকপা শুয়া য়ারোইকো।

লতাসনা—(য়াম্না বারোনা) অহুদি অবোক, ঐ অসি পোন মহুংদা কাজিন্দুনা থমলবা পোম্বীগী পাংথক ওইরব্রা ?

চাউবাতোন—(থুমকম খঙদনা) মহুমক হায়বা তারব্রা ? ঐ থুমকম খঙদ্রে। বাকম অসি তোপ্রসিসে। নখোয় অনীমক তুমিন লৈবো। এৌনবে পুন্নমক ফনবা শীনগে।

প্রিয়জাৎ—ইমানা ফনবা শীনগদৌরিববু করিনো ? হায়নরিবসে ঐবু মরম অমতা খঙদ্রিবে।

চাউবাতোন—খঙদবগী খঙদবা অহুম খঙদবনা ফত্রো।

প্রিয়জাৎ—অসুম্না ঐঙোন্দা মাথা য়াম্না শাগদবা ওইরবদি মশানমক চংলগে হায়রিবৈসিদা লতাবু মপামদা চংহলহৌবনা ফরে।

চাউবাতোন—করি মরমগী চংহনগদৌরিবা ? লতাসনানা মপামদা হনবা নঙ-পাজীনা শুকয়া য়ারোই।

প্রিয়জাৎ—করি মরমগী ? পাজীনমক খোয়দাদবা মমৌনি; চংচখিবনা ফত্রা ?

চাউবাতোন—মহু য়াদেনে। মহুংদা বা লৈ।

প্রিয়জাৎ—মহুংদা করি বানো ?

চাউবাতোন—ওহোকপনি নীপামচা, নঙগী নিঙাই অদে, ময়াঙচৈ, নখোয় অনীগী লুংহাংবদা নঙ-পাজীগা লতাসনাগী মপাবুংগা থরা হুংঙাইনখিদে। অহুবু বাকম অহু ওসি

কাওবা নখোয় অনীবু থঙহন্দনা থম্লকপনি।

লত'সনা—অবোক, করি মরমদগী ইকুবোক্তা পাবুংগা হু ঙাই-নখিদবনো ?

চাওবীতোন—নখোয়গী কাগোক হানবা হায়বহুগী মতাংদনিশে। নুপীমচা, হাকমসিদা নপুক্লীং হুংঙাইত্তবা তৌরুহু। হাসি কাওখোক্লবনিনা ঙসিদি ইনেম্মা নকুদা মীংখিনা হায়নগে। ইমৌগ'দমক ইনেম লৈকো। চঙঙো ইমুংদা, নঙগী থবক-ইনথাং তৌগদবা তৌজক্লয়ো।

লতা'সনা—অবোক !

চাওবীতোন—মথা তারহু লতা। এৈনা কনবা তৌগনি হায়-রিবসিনি।

( লতাসনা তুমিন্না ইমুংদা চঙখি। )

প্রিয়জীং—ইমা, ইমুংসিদা তৌবম্বিবা মতৌসিবু করিনো ?

চাওবীতোন—থঙত্রে ইমাম্ম ইবুংঙো। নঙগী লুহোংবদা লতা-সনাগী মপাবুংগা মমা শীক্তগনা কাগোক হানবনি হায়হুনা শেন য়াম্না লৌখি। নঙ-পাজীনগা নিঙাই কত্তবনিনা শেন লৌরবদি মীনাইনি, মথুৎ চারোই ; মপামদা চংহনখিবম্ব য়াদে সিনিনে। মরকসিদা ইমাম্ম নুং অনীগী মরক্তা হা হায়বহু ওইরবনি।

প্রিয়জীং—ইমা, মখোয়গী কাগোক হানবা হায়বহু মখোয়গীদি চংনবীনি হায়বদাই। হৌজিক্তি মীচম নিঙোন অমম্ম মমল য়াম্না লৌনরে।

চাউবীতোন— তুম্মি অহুবুদি ; নঙ পাজীনা শাউখিবনা অরৈ-
লৈত তানবদা য়াখিদে— সিদঙ্গি । ময়কসিদা নখোয়বু
খঙহন্দনবা হোৎনবনে, নঙ-পাজীগী অশাউববু নেমথহন্নবা
হোৎনবনে ইমাদি তৌকম খঙত্রবনি ।

প্রিয়জীৎ—মমা-মপাগা শাউনরগা মচাদা ইকাইবা পীবসি কয়াদি
চুমদে ইমা । অহুগী শরুকপুদি লতাবু মপামদা চৎহনখিবনা
কৈ ।

চাওবীতোন—করিনোনে নীপামচা, নঙনা হায়রিবা য়াহুবু ?
ইমানা অমুক কুইনা নুং অনীগী মরক্তা হা ওইহুনা নীং-
মাং চিংলক্লিবসি যুম কায়নবা নত্তে । ঙসিদি লাইখায় তাবা
য়া অমদি নঙ-পাজীগা মঙাঙনরগে । (মপান্নোমদা য়েংথোক-
লুরগা) ফনক্নুম তান চারে । নঙ-পাজী হক্কিল্লক্লে । ঐনা
ঙাঙনবদা নঙ য়াওরকনুকো । নঙ য়াওরক্লবদি নঙ-পাজীগী
মচিং মতাহুদা অবেন্নদা উত্তা যী হৈবা ভাহুনা তোকনি ।
নঙ ইমুংদা তুমিন্না লৈরুচো ।

প্রিয়জীৎ—ফরে ইমা, পাজীবু শাউহন্দনা নীংথিনা ঙাঙনৌকো ।

(প্রিয়জীৎ ইমুংদা চঙখি । )

চাউবীতোন—খঙব্রে ঐনা ইমুং অসিদা তৌগদবসি । ঐ অসে
কোঙেং-কোককাইহু মঙায়রে ।

( শানোয় চঙলকই । )

শানোয়—চাউবীতোন, নঙনা চবেঙ চবেঙ ঙাংলিবহুনা করিনো ?
কোঙেং-কোককাইগুম ননংগন্দা নক্লাগ খুয়বরা ? ইমুং অসিদা
হেক হক্কিল্লকপদা য়াথন অসি ঙহাক্তা লৈত্তাবা কংলোইদবনি ।

**চাওবীতোন**—করিনোনে মাই পাজীনা হায়রিবসিবু ? ঐদি বা
অমত্তা তানগে হায়দুনা ভাইরম্লি ; অদুগা হান্না হেক্তা
শাউগৎলব্সিবু ।

**শ্যামোয়**—ইহে, ঐনা অরানবা তারবা । (ফমেন-কক্তা ফমথরদুনা)
করি বানোনে নঙনা তাননীংঙিবনা ?

**চাওবীতোন**—ঈংনা অমুক্তা পোথাবিখো এ তপ্পা ভাঙনবা য়াবা
বানি । ঐ হীদাক হাল্লকখিগে ।

**শ্যামোয়**—প্রিয়জীৎতি হজিল্লকরা ?

**চাওবীতোন**—হজিল্লক্রে, ইমুংদা লৈরিনি ।

**শ্যামোয়**—থোরকউ হায়যু ; মাই-মামতোনহোয়দা ভহাক্তা চংহল্লুগে ।

**চাওবীতোন**—হো নীপামচা তাবিরা ? নঙ পাজীনা থবক অমা
চংলো হায়রিমাম্নে ।

চাওবীতোন মচানীপাদা বা হায়না হায়না হীদাকফুগী ভান্থক্ত
লোবগা ইমুংদা চঙখি । প্রিয়জাৎ ইমুংদগী থোরকই।

**প্রিয়জাৎ**—পাজী, ঐবু কদায়দা চংলু হায়রিবনো ?

**শ্যামোয়**—নঙ-মামতোন্দা ঐনা শেন পবা হায়নবনি । হৌজিক
লম্বীদা থে নৈ। হৌজিক্তি মশাদা য়াওরক্তে, ননেতোন্দা
শিন্নরম্মে হায়বনি । নঙ ভহাক্তা চংলগা লৌরুচো ।

**প্রিয়জাৎ**—হোয় ।

(প্রিয়জাৎ ইমুংদা চঙখি । চাওবীতোন হীদাক-ভান্থক
মখুংনা হাইরু-হাইরদুনা ইমুংদগী থোরকুই ।)

**চাওবীতোন**—করিনোনে হৌজিকালগী তিক্নিসিবু, নৈ, ইরা
লাদবস্রিবু ।

( চাউবতোন্না ঙান্থক্তু হীদাকফুদা পানশিল্লি। থ্রিয়জীৎ ইমুংদগী সাইকল ইন্দুনা থোরকই, মপাল্লোমদা চ খি। )

শানোয়—ইমৌ লতাসনাদি ?

চাউব তোন—ইমুংদা থবক তৌ বি। ইমৌ লতাসনাগী মরমদা, মাই পাজীনা ইমৌ হংলকপগা মতাং চানা বা অমতবু তান-নীংলিবনি।

শানোয়—কবি বানোনে ? ( তোংজৈ পায়খত্তুনা হীদাক থকই )।

চাওবাতোন— অতৈ বা নত্তেদা। ইমৌ লতাসনাগী মথুং মাই-পাজীনা চাখ্রিবসিবু কয়াম কুইনা চাখিরোইদৌরিবনো ?

শানোয়— মচুরা নঙগী বা হায়বদো ? ঐনা হেক চানীংদ্রিবমথৈ।

চাউবাতোন—অদুবু হেক য়াবরনে মাই-পাজীনা হায়রিবসিবু ?

শানোয়—য়াবা য়াদবা ঐগী ইনীংনি। নখোয় নুপীগী নথৌ নত্তে থঙনব্রা ?

চাওবাতোন—ইথৌ নত্তেকা হায়বিন্থু। ঐস্থু মনেমনে, মমানে। ইচাগা ইমৌগগী মরমদা বা হায়বসিবু করিমতা য়াদ্রবা জাৎলা ?

শানোয়—ঐদি চারোই হায়হুনা চাদ্রিবনি।

চাওবাতোন—মচু য়াদে হায়মনি মাই-পাজী। অহনৎংদা ঙাওরব্রা করিনো ? কন্নিবু ফজবগে ? ইচা অনী শুবম্থু নত্তে, ইচানা পুরকপা ইমৌবু মাই-পাজীনা অদুম্না তৌবসি ঐ য়ানীং-দেকো।

শানোয়—( শাউরপ্পা ) য়ানীংদ্রেগা নমা-নচা নমৌগা নখোয় অহুম ভোঙান চাগ্রো। ঐভোন্দা চগৎ চগৎ ঙাঙগন্নু।

চাওবীতোন—করিগী চগৎ চগৎ ঙাঙবনো সিবো ? ময়েক্লা তাবা বা হাযবনে।

শানোয়—কদায়দগী করি ময়েক্লা তাবনো, তানীংদে।

চাউবীতোন—তানী দবকা যারোই। লতাসনাসে কনা নত্তে, ইমোনে। মাই-পাজাবু অশুক মচিং ফত্তবসিবু করিনো ?

শানোয়—কৈ হায়গে হায়যু, ফওে হায়গে হ যয়ু ; ঐগাদি লেপ-থ্রবা বানি থঙলত্রা ?

চাউবীতোন—মহু য়াদে হায-বানি মাই-পাজী। করিনো বাংলাংসিবু নীংথিনকা ঙাঙনবা শুকয়া য়াদবসিবু। ওন্থোক্লা তজ্ঞথ্রে ঐদি।

শানোয়—তল্লগা কৈদৌবগী ঙাঙলিবনো ? চানী লবা মতমদা ইরাইনা চাগনি ; চানীংদ্রেগা তোক্কনি।

চাউবীতোন—ওন্থোকপা নীপা অমনা হেক যুমগী অহন ওইদকে। সত্য। ভানবা হায়বসিমা য়াবা কোবা মরৈতে। নওে, মাই-পাজীগী থম্মোইহুবু তাইবঙ-মীগী থম্মোই নত্রবরো ? থোহু নুংহু হেক মঙায়।

শানোয়—তুমিন লৈয়ু চাউবীতোন, নঙ ঐনা তোবদা বা ঙাঙলক্কনু।

চাউবীতোন—নত্তে, তৌরিবসিবু করিদা ফজবগে ? কৈরে লৈকাইনা অহনসে ফত্তে হায়হুনা থানা ঙাঙনরোহত্রাও ?

শানোয়—মথৌ তৌনীংদবা মাবা ঙাঙনবত্তনা মাশঙাং ওইবা

লৈকাই মখোয়গী মথৌ করি লৈবগে ? মখোয়না খঙলি-উরিবদো মপাম্বোংগী কুয়োম্নি। মহূংগী বা মখোয়না করি খঙবগে ?

চাওবীতোন—পঙশাউদি শাউবিহুদা মাই-পাক্সী।

শ'মেয়—করিগী শাউরোই। অপোকপা মমা-মপানদি তুংদা সি থোক্লকনি ছায়বদি খম্মুগা ঐনা—

চাউবাতোন—খরা তপ্না ভাঙবিয়ো। নুপীমচানা তারগা হুংজাই-রোই।

শামোয়—নঙ অমা নবুক কবদা শারহুনা। লুহোংলমদাই মতমদা তৌখিবহ নীংশিংঙু। মহুগী লমন খুল্লিবনি ঐনা তৌরিব স।

চাউবাতোন—করিনোদা বাখন অহুবু ? নিঙাই তৌনখিবনা মপাবুংগা মমাশীজগনি। অহুগা করিম্ম খঙজদবী ইমৌদা তাইনবিবসিবু হৌনব্রাও ? জগোই শাবা হৈত্রগা মাংগোল্দা তাইনহনা লৈবাক থুগাইবগী থৌদোসি কান্নদেদা মাই-পাক্সী।

শামোয়—( ফূক হৌগত্তুনা ) প্রমাণ পান্থৈকাদি হৈরেদা। নত্তে, মমা নঙম্ম খন্দুনা ময়েঙ্ঙ ; মচা ইচা লৌন-লৈনহুনা জাই-শেন ওইনরগদবা ঐখোয়দবু আ অহুনি অদানি, নিংথৌমচানি হায়হুনা তৌগে হায়বগুম তৌখিবদো কাউবা হেক য়াত্রা ?

চাউবীতোন—অহুবুদি চুম্মে, অহুগা—

শামোয়—( য়াম্না শাউনা ) অহুগা কাগোক হান্দবা য়াদে, খাঙজ-ফিয়েন তৌদবা য়াদে হায়হুনা গ্রি-গ্রি হেক মনমশিনবা। হোয়, মহুস্ম তৌগনি ; চৎনবীনি। তৌদবা য়াত্রা ? অহুবু

কৈদাহু খীং ফজমনখিদে। হাযবা যারে মতাগুম ক্বাগোক হানববু লুপা লিশীং মভাদগী ভাবা যাদে হাযনা শিখাড হেক মখাঙবা, কুজবগী ক'ঙে ফিগে ফনেক নত্রদি হেক মহাংবা—নিংথৌ মচানি হায়হুনবু। মচা নিঙোনবু মমন লৌহুনা যোম্মোকপা ঙম্বা মখোয়বু নিংথৌ মচা-মশু ওইবগী মগুণ কদায়দা চেল্লিবগে? ঐসু ইজ্জৎ মাঙবা যাদে হাযহুনা মতোথিবনি। থব্বায অসিদি প্রোক-প্রোক চাক্লিবনি।

**চাউবীতোন**—হোয অহুবুদি, ঐগোযসু ইজ্জৎ মাঙবদি যাব্রদো।

**শানোয়**—উম ইবেম্মা, ইজ্জতি মাঙহোদ্রে। মী-সনা লেপ্লদা খূবাক মযায়দা শগুণ তৌবগা চপ মান্নবে। লৌরী-পুন্ফম বাযহুনা নূপী লেপ্লে। শেন তিংনা লৈবনিনা ইমৌ অসে ইমৌ নত্রবনি, মীনাইগা চপ মান্নববনি।

**চাউবীতোন**—কবিনোদা মাই-পাজীগী ব্বাহবু? চংনবোল অমা কায়বেদা। ক্বাগোক হানবদা শেন যাম্না লৌখিবগীদি ঐসু শাউনীংলিবনি। অহুবু হৌজিকপু লতাসনাসে ইমৌ নত্তে হাযবা কনানা যাগদগে?

**শানোয়**—মচা নিঙোন পোক্লগা শা-শনগুম মনতীন্নহুনা যোনবসি ঐ পামদে। অহুনা ঐ অরৈবা মৌগী মথূৎ চাদে।

**চাওবীতোন**—নিঙোন থাজবদা শেন লৌবা হায়বসে হৌজিক অসিদদি চৎনবী অমহুম ওইবে।

**শানোয়**—করিগী চৎনবী? কবিগুম্বা নহাকসু নচা নিঙোন পোক্লম্বা থোক্লবদি চৎনবীনি হাযহুনা শেন লৌগে অসিরা?

**চাওবীতোন**—কন্নিনোনে ঐঙোন্দা ওনথংলক্লিবসিবু?

শানোয়—খণ্ডণ্ড নুপী, সিঙোন থাজবা হায়বসিদি নীংথিনা অণ্ডণ্ড অউন তমথুনা ঙাই-শেন ওইনগদৌরিবা অতুগা প্রেম লৈননা তিন্নগদবনি।

চাউবীতোন—অদুবু ঐখোয়গীদি প্রেম লৈনদ্রে হায়দুনা ইমৌগী পুন্সিসিবু অবেন্নদা পিথন্নহনবা তারব্রাও ?

শানোয়—নত্তে, ঐবু নঙনা হিংচাবা ওইনা খল্লব্রা ?

চাউবীতোন—অদু ওইরবদি ঙসিদগী ইমৌগী মথুং চারস্নি। মাবু চাক থোংহল্লগে, ঐসু থল্লা পোথানবা।

শানোয়—কবি হাযবা ? নঙনা ঝানীংদবদগী ঐগী ঝাশক থুগায়নু হাযবা ?

চাউবীতোন—ঝাশক্লি হায়দুনবু মথোঙদি চাদনা ইমৌবু অন্নুক লাকৃবিবসিবু।

শানোয়—মথোঙ চাদ্রিবা অসে ঐনা নত্তে খঙলব্রা। হুমীং অদু ওাইরিবগি ; নোংমদি লতাসনাগী মপাবুংগা মমাশীজগনা ঐঙোন্দা হায়জবগনি। মতমদুদা ঐনা ইমৌগী মথুং চাগনি।

চাউবীতোন—হায়রিবসিদি হৌজিক-হোয়েনগী ঝা নত্তে। নিংথৌমচানি হায়দুনা থন্না থোযচং-ঝাংচংনবা সনা ইবুংঙো-গা নিঙাই ফত্তবা মাই-পাক্সীগগী অঙম্ তাম্নবদা ইমৌগী মপান্সি অসে থুনা কেন্থা তারে।

শানোয়—মতুগীদমক নঙনা ঝাবিরিব্রাও ?

চাউবীতোন—নুপী ওইবীগী থস্মোইদি থৌহু নুং নত্তেয়ে, মমাগী থস্মোইনে। ঝাদবা ঙমদে।

(চাউবীতোন শাউরপ তৌনা কেং হাইদোক্লুব্রা ইমুংদা চঙথি।)

**শানোয়**—করি কামবগী শাউজ-শারিবনো, শাউগদবা ঐনদি শাউ-ত্রগা। কা পঙহেন হেন্নকন্থ; কোক লম্বোইরগা চংখি তোকনি।

(শানোয় থোঙ্গাল্লোমদা চংকদবগী থোঙথাং অমা-অনী থাংজি। চাউবীতোন অমুক থোরকই।)

**চাউবীতোন**—চংলিবহৃবু লম্বোইবা হায়হুরাও?

**শানোয়**—কৈদোগে হায়বগে? নঙনা তৌরিবসিবু তায়-তায়হনা ঐবু শাউহনগদৌরিব্রা?

**চাউবীতোন**—চংথোকপিখিহু, ঙাঙনগদবা বা য়ায়া লৈরি।

(থোঙ্গাল্লোমদা য়েংথোক্লুরগা) করম্মো তৌরিসিদি, ওম্বোরা মতাং চাদনা—

**শানোয়**—(থোঙ্গাল্লোমদা য়েংথোক্লুরগা) সত্য, মশক অমে য়েংনীংদে।

(শানোয় মক্কি ফং কল্লগা ইমুংদা চঙখি।)

**চাউবীতোন**—তৌদৌরিসি ওম্বোরা লুইদা। লাম্বা-লাম্বা মপা চাবা ঙাক্তা হেক থেংগাইনৈ লাই হায়বসিনা শীনবসিহু। মরক্তা লৈবা ঐথোয়না পঙ্গাদ মবাবা। (য়েংথোক্লগা) এঃ সনা-ইবুংঙো, থাজদনা লেঙলকইদা। লেঙশিল্লকউ-লেঙশিল্লকউ।

(সনাহল লাকই।)

**সনাহল**—ইচে, অনা-অয়েক য়াওবিদেদনা

**চাউবীতোন**—থোইদোকপা য়াওদে সনা-ইবুংঙো। নুপীমচা লভাসনা, নঙ-পাবুং লেঙলকই। কিদা পুথোরকউ।

(লভাসনা মোরা পুহনা ইমুংদগী থোরকই। মপাবুংবু থুরম্মি। কিদা থাই। সনাহল মচানুপীনা থুরম্বা ঙকই। লভাসনা ইমুংদা চঙখি।)

চাউবীতোন—সনা-ইবুংঙো, খুদাদা লেঙশিল্লু।

সনাহন—(মোরাদা ফমথরহনা) ইচে, ইবাইবু ?

চাউবাতোন—হৌজিক্তা লৈবম্বনি।

( শানোয় ইমুংদগী থোরকই। )

শানোয়—সনা-ইবুংঙো, লেলঙক্লিবরা ?

সনাহন—(মখুৎনা লৈবাক শোক্লগা মঙক নোন্দুনা) ইবাইবু নশেন ভক্তি কৎচরি,—জয়-জয় !

শানোয়—( ভক্তি ওক্লহনা ) জয়—জয় !

( শানোয় ফমেন-ফক্তা চঙশিন্দুনা ফম্মি। )

চাউবীতোন—সনা-ইবুংঙোদি খুদোংস্ল, চাকাম্ল কান্দবগুম তৌবদাই ? করিনা সেবা তৌগনি ?

সনাহন—যাজরে ইচে।

চাউবীতোন—সনা ইবুংঙোবু কদোমদা লেঙলুবনো ? ঐখোয়-রোমদা স্লম লেঙলকপা ওইরবা ?

সনাহন—ইচে, ঐ মী অমা উন্নবা চৎচরুবনি। হল্লকপদা লম্বী থোকপহদা ইচেখোয় ইবাইখোয় উন্নজনীংহনা চঙজরকপনি। ঐগী ইচানুপীহবু কমদোবগে ? য়ুমদদি ইচা অতোনবীনি হায়হনা কেথোকপসিনা। সিদদি মহ য়াপোৎ নত্তেদো। ইচেগা ইবাইগনা থুৎ চানবা ব ারকপিয়ু।

শানোয়—সনা-ইবুংঙোগী ইচা-ইবেম্মদা তাক্লনীংঙাই লৈত্তে। মমন লুপা লিশীং মঙাহমক মত্তিক চায়।

সনাহন—(ওক্লা অমদি শাউরপা য়েংহনা) ইবাইগী বাতা অসিবু ?

(চাউবীতোন ইমুংদা চঙখি।)

শানোম্ন—ইবাইদি অচুম্বদা হায়বনি সনা ইবুংঙো।

সনাহন—( শাউনা ফুক হৌগৎলগা ) ঐদি ইবাইদা ইচানুপী য়োম্লেনা।

শানোয়—(য়াম্না তপ্না) শাউন্ন সনা-ইবুংঙো। সনা-ইবুংঙোনা কাউবা ওইবিনি। লুহোংবা মতমদা লৌখিবত্রবু লুপা লিশিং মঙা নত্তবনে?

সনাহন—ঐগী ইচাত্ন পামদ্রগা পামদে হায়বিয়ু। ইচাগী ময়ুম লৈতবা নত্তে; ঐগী যুমদা মরাইনা লৈজনি। (খন্না পোঙলপ্ তৌনা) নহান লুহোংবা মতমদা লৌখিবা শেনফমত্নদি নিংথেমচা ঐখোয়গী মিঙোন লৌবগী কৌনবী ক্বাগোক হানবা হায়বত্নি। লৌফম থোকপা শেনফম্নি।

শানোম্ন—(পোঙনা) সনা-ইবুংঙোখোযগীম্ন লৌফম থোক্কপা শেনফম, ফজবা লোম্দাদা ক্বাগোক হানবা মহায়বা। ঐখোয়গীম্ন ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চৎনরকপনা মৌ থিবদা মমন লৌরবদি খবা হম্বা থাক্তা থম্বা হায়বদি চাকথুম চঙহন্দবা, মখূৎ চাদবকাসি চংনৈ।

সনাহন—(শাউনা) ঐগী ইচাবু নখূৎ চাদবা।

শানোম্ন—অহোয় সনা-ইবুংঙো, ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চৎনরকপনা ইবাইম্ন মত্ন তঙাই ফদনা ঙাক্লি।

সনাহন—ইচাবু অদুম্না থম্বিগদবা ওইরবদি হৌজিকমক ইচা শুজগ্রনি।

শানোম্ন—য়ানি য়ানি, পুবিখো। লৌখিবা মমন অহুদি হনবিরম্মু।

সনাহন—মত্নদি হনকম্ন লোক্তে। হৌনবী মতুং ইম্না ঐখোয়গী

নিঙোন লৌবগা ক্যাাক হানবনি। ইচা কৌথোকপিযু; ইচাগী মচীন হগে।

**শানোয়**—নচা-ইবেম্মগী মচীন হংলবস্থ অহু মঙায়; হংদ্রবস্থ অহু মঙায়। হবাহগীদি হায়রিবসিনি, মমন হল্লমদ্রবদি থরা মুংঙাহরোই সনা-ইবুংঙো।

(চাউবীতোন ইমুংদগী থোরকই।)

**চাউবীতোন**—কবিনোনে, ঐথোয় মাংগোনসিবু কুরুক্ষেত্রগী লানফমস্থ নঙনা। মাই-পাক্ষীস্থ সনা-ইবুংঙোস্থ অমুক্তা তপপবিযু। অহন অনী অঙম তায়বদা ইচা অনীগীদি করিমতা থনবিদ্রব্রা কৈনো।

**শানোয়**—(শাউরপ্পা) তুমিন লৈযু। নূপী নথোয়গী নথৌ নত্তে।

**সনাহন**—ইচে, ঐগী ইচাহু অমুক্তা কৌথোকপিরকউ।

**চাউবীতোন**—ইমৌবু অমুক কৌথোকপিহুনা কাঙদ্রুম ওইহনবিগদোরব্রা ? (লতাসনাবু কৌহুনা) হো ইবেম্মা, লতাসনা, তারিবব্রা; মপান্দা অমুক্তা থোরকউ। থঙদ্রেদা ঐনা তৌদোংসে, হকচাংসে লাইমন ওহরে।

(লতাসনা ফিরুফ খুম্নগা কপ্তুনা ইমুংদগী থোরকই।)

**সনাহন**—ইপাগী ইবেম্মা, নঙবু যুম অসিদা লৈবসি মুংঙাইবিব্রা ?

**লতাসনা**—(কপ্পা-কপ্পা) পেনবিবো পাবুং। কবম্বা চৎনবীগী মথা পোন্দুনা নচাবু মমন লৌহুনা থাক্সবিরিবনো ?

**চাউবীতোন**—কপকহু নূপীমচা, ইমৌগীদমক ইনেম লৈ।

**সনাহন**—কপকহু ইচাসিদি। পাবুংনা ইচাগী মমন হনগনি।

**শানোয়**—চাউবীতোন, হীদাকসি ভাহুক অমতংগা নোংলকথোদনা।

**লতাসনা**—(কপ্পুনা) পাবুং, নচাবু পুংশিবিরবদি ঙসিনক মমন হনবিরম্মু।

**সনাহন**—হনগনি, ঙসিমক হনগনি। পাবুংনা ইচাবুসু পুরগনি।

**লতাসনা**—মহুদি হায়বিগনু পাবুং। নচাবু মুন অসিদা থম্বিরম্মু।

**সনাহন**—করি নুপীমচা? নঙবু নানাইগুম্বা থম্লিবা হমুং অসিদা পাবুংনা হচাবু থম্বা?

**লতাসনা**—ঐবু মীনাইগুম্বা থম্মি হায়বাস কনানা হায়রিবনো পাবুং? ঙসি ফাওবদা মচা ইমুং অসিদা মৌ অমা ওইবগী অধিকার চপ চানা ফংহুনা লৈজরি। এনা পাবুংদা হায়জগদবদি নচাগী মমন লুপা শিন্দীং নম্বা অতুদা হনবিরম্মু।

**শানোয়**—হায় চাউবী, হৌদাক হায়বহু কৈদোরে?

**সনাহন**—নুপীমচা, নঙ পাবুংনা কারবসি য়াদে?

**লতাসনা**—নচাবু য়ারৌবিগনু। নচাগী লৌথিবা মমন হনবিরম্মু। ঙসি নচানা হায়জরিব যাকম অসে এচা নিঙোন খুদিংমক্তা শেন লৌরগা মচা থাজবা মমা-মপা খুদিংমক্তা নোংমদি থরায় শোক্তা তেংথাহুনা হায়ররগদবা য়াফম্মি।

**সনাহন**—পাবুংনা ইচাগী মম হনগনি। অতুগা ইমুং অসিদা ইচাবু অমুক শন্নরোই।

**চাউবীতোন**—ঐগী বাদি অহন অনী য়ানবা মওঙদা তাই-শিন্নবনা থৈ থইগুকে। ঐনা ফগোসে ঐদি য়াম্না নুংশিজে।

**শানোয়**—(শাউরগা) তুমিন লৈদ উবীতোন। অহৈ-অপা শাবেদা। মীতৈ লৈবাক অসে নুপা ... থঙলত্রা?

**চাউবীতোন**—উম, হোঙলিনি। ওস্থোরসু থম্মোই কমগ্রে।

( চাউবীতোন শাউরপ তৌনা ইমুংদা চঙখি। )

**সনাহন**—নুপীমচা, নঙবু পাবুংনা হায়রবসিদা অমুক্তংদি খঙ্গে।

**লতাসনা**—পাবুং, নুপী ওইবগা পুন্সিবু মপামদা হল্লক্কুনা লৈবগা মপুরোইবগী মনাক্তা লৈবগা করম্বনা হেন্না ফবগে? ইমাগা পাবুংগনা লুহোংবদা নচাগী মমন লৌবিরমগ্রবদি ঙসি নচাগী পুন্সিদা থোক্লিবা থৌদোকসি থোক্লমগদ্রা?

(লতাসনা হাক-হৌক কপই। )

**সনাহন**—( মরু লুকথদুনা ঙহাক মুন্না খল্লগা ) ফরে নুপীমচা, ইচাগী নাংবা থুংনবগীদমক পাবুংনা ঙসিমক ইচাগী মমন হনগনি।

**লতাসনা**—পাবুং, নচানা মরম ওইদুনা পাবুংগী ইজ্জৎ মাঙগদবা, ইকাইবা নংগদবা ওইরবদি মমন হনবিদ্রবসু য়াগনি। ঐগী-দমক করিসু খনবিগনু। তৌবদদি নচানা ঙাস হায়জরিবা বাক্কসে মমা-মপা অমা ওইনা মচা নিঙোন থাজবদা শেম লোরবমথৈদি নিঙোন ওইবা পুন্নমক্কী থম্মোই শোক্লবা বাকৎ অমা লোংমদি শোয়দনা ওইররগদবনি।

**সনাহন**—(নিঙমদনা) চুম্মি ইচানা হায়বা। পুন্নমক অসে অপঙবা নাপন কাবা নপাবুং ঐনা থোকহনবনি। পুন্নমক পাবুংগী ইরান ঙাক্লি। ঐ জ্ঞান তাবে লতাসনা। ইচা নিঙোন পোকপা মমন লৌক্লবদগী ঙসিদি ইপা-ইচ ইকাইবা নংলিবনি। (শামোয়দা) ইবাই, অপঙবা নশেনব বাক্লৌবিদু। কাগোক হানবগী শেনফম হঙ্গরগে। ঐগী ইচাসে ইবাইগী ইমৌ ওইনা লুনা চান্না কারক-বাক্তেমদুনা থম্বিসু।

**শানোয়**—(যায়া তপ্পা) সনা-ইবুংঙো, ইবাইন্মু মীনি। ঐবু যায়া কত্তবা ওইনা লৌগন্নু। নূপীমচা লতাসনাসে ইচানা লৌবা ইমৌনিনে। নিঙোন পোকচদবা ঐগীদি ইচা নিঙোনন্মু শক্লিবনি। সনা-ইবুংঙোনা হৌজিক্তি পুকচেল তিংথোক্ল-বনিনা শেনক্ষম অত্থ হনজ্রবম্ম য়াবে। ইবাইনা পাম্বদি ঙাই-শেন ওইবগী পুকচেন-খোইজেন তিন্নবা, লৌথূপ-লৌকোয় লৈনদবা, অবৈ লৈত শেগা মাইগা তানন্থ। হিংমিন্নবা অত্থঙনি।

**সনাহন**—ইবাইনা তাকপিবা পূম্বা অচুম্বনি। নশেন্না পঙ-ফত্ত হায়বত্থ ওইরুবনা পুন্নমক অসি খোকথিবনি। নশেনবু ঙাকপিয়ু ইবাই।

**শানোয়**—(লতাসনাদা) নূপীমচা লতাসনা, ককিগীনো নঙনা লেপ্তুনা লৈবিবনো? সে, ঙাম্বক অসি লৌ। ইকুগী হীদাক হাল্লকউ। ঙসিদি চাকস্ম ইমৌনা খোংগদবনি।

**সনাহন**—নূপীমচা, চংলু-চংসু। ইবাইগী হীদাক হায়বসি প্রপ প্রপ হাল্লকউ।

( লতাসনা হীদাকফুদগী ঙাম্বক লৌরগা ইমুংদা চঙখি। )

**শানোয়**—সনা-ইবুংঙো, করিগী লেপলিবনো? খুদাদা লেঙশিল্লু।

**সনাহন**—ইবাই, নশেন যুম ফাওবদং হাক্তং য়োঁজরুখিগে। ইবাইগী শেনক্ষম অত্থ নশেন্না হৌজিক হঙ্গগে।

**শানোয়**—ঙাইখো-ঙাইখো সনা-ইবুংঙো। শাউনবদগী রাগী বা পঙহাম হায়নবনি। হৌজিক্তি পুকচেন তিংথোক্লরবনিনা করিগী হল্লুগদগে? হায়ন শক্লখিবা পুন্নমক কাউথোক্লরসি; পুক্লৌ-বারোনরগুমসি।

সনাহন—ইবাইবু শেনকম অহু নশেন শোম্লদনা হল্লগে। হল্লবদি নশেনগী পুক্নীং অসি ইপেন পেল্লরোইদৌরি।

শান্নোয়—নত্তে-নত্তে সনা-ইবুংঙো, ইবাইনা হল্লগনু হায়রেদনা। ঐদি হায়গ্রবনিনা ইশেম্না হল্লবস্থু ঐদি লৌয়রোইদবনি।

সনাহন—হায়বিগনু ইবাই, শেনকম অহুদি হল্লগে।

শান্নোয়—তৌহু সনা-ইবুংঙো। ইবাইনা হল্লগনু হায়রিবসিনি।

সনাহন—হুম, মহু হায়বিগনু ইবাই।

শান্নোয়—সনা-ইবুংঙো, করিস্থু লৈতবা থাকম অসিদা ইশেন-ইবাই অমুক থৎন-চৈনবা থোকনিকো। থরা থন্নদি থম্থনসিদা।

( চাউবীতোন ইমুংদগী থোরকই। )

চাউবীতোন—করিনো অমুক তৌনবিরিবসিবু? অহন অনীগী মচিং মতাসে মনেম ওইবী ঐ পাখৎচৈকো। অমনা হনগনি, অমনা লৌরোই তৌরিবা শেনকম অদো মপু লৈকো। অহন অনীগী জবান পুথদনবা শেনকম অদো ইমৌ লন্তা-সনাদা পীথোকপিরো।

সনাহন—ঐগাদি হনবা হায়বসিমদি শোয়ত্রবনি। লোগে হায়বা অমনা লৌবিয়ু।

শান্নোয়—ওন্থোকপনিদা সনা ইবুংঙো, ইশেনগী শিথাঙ অসিদি কল্লিদা। থুদাদা অমুক্তুংদি লেঙশিল্লু কৈদৌবগে। (চাউবী-তোন্দা) তাব্রিব্রা? ননি-নমৌ কোনশঙদা চৎলু। সনা-ইবুংঙোনা পীগদৌরিবা শেনকম অহুনা ইমৌনা অপাম্বা করিনো অমা শাহল্লুচো। অবাংপা ঐনা হাপকনি।

(সনাহন মোরাদা ফমথে'। লতাসনা ইমুন্দগী হীদাক হাল্লগা থোরকই। হীদাকফুদা ভাম্বক পানশিল্লি। তাঙ্গাহৃদা প্রিয়জীৎ সাইকল ঈল্লহুনা চংলকই। থাজদবা মতৌম্ভ ঙকচাদনা চর্প লেপ্লগা য়েংহুনা লৈ।)

শামোয়ু--(তোংজৈ চুপ্লগা হীদাক প্রোক-প্রোক চিংলহুনা) খোয়ঁথুম্মনা হেক হাউহদা ঙসিগী হীদাক অসিদি। নহান মথৈ ঐনা ইমৌগা মথুৎ চাদবসিদি লাল্লিদনা।

উবাতো —(মচানীপাবু উরহুনা) হায় অঙাওবা, লতাসনাগী মপাবুং লেঙলক্লিবসি উদ্রা করিনো নঙবো? জাৎ নাইদবা মচাদোনা—।

প্রিয়জীৎ অকিং-অকাই ওইনা থাপ্লগা মথুৎ লৈবাক শোল্লগা মঙক নোন্দুনা সনাহন্দা থুরম্মি।)

সনাহন--এ, এারে,-এারে; খুরুমজবসু অহ্ মঙায়দা।

(লতাসনা প্রিয়জীৎলোমদা হাহকেৎ য়েংঙি।)

[illegible] তুপ্পা ফিজঙ হাইজিল্লকই।]

আই এস কাঙজম

পোকপা : দিসেম্বর ৫, ১৯৪৬

পোককম : নাউরেমথোং, মগোলবম, ইম্ফাল ( মণিপুর )

থিলকম : ওজা

অৱৈ-অতৈ : মণিপুর মহাযোল সাহিত্য সভা, ইম্ফালগী জেনেরেল সেক্রেতরী ওইরম্মি । "মীৎয়েং" অমসুং "লোন"গী সহ-সম্পাদক অমসুং সম্পাদক ওইরি । মণিপুরী সাহিত্যগী সেবাদা শেয়েং, ৱারেং, ৱারীমচা, নাটক, একাংকী, উপন্যাসনচিংবা কয়া পুথোকখ্রে

খোঙজবা লাইরিকশিং :— নোংমত্তগী পুন্সি, লৈরাং লৈচন, মু লিরুং. প্রাপ্তি-অপ্তি, খোঙথাং অমতদা, খোংরাম্বা, ডাক্তর কুমর সাগরসিংহ, চিত্রকার, বিদায় তাংকম অমগী লীলা, শকতম মরি, লোনগী ৱাহেং, ফরিগী।